# ইমিংসে তাঙনিংলে
# ইনাস্থ পঙনিংলে ঐ

( শেরেং লাইরিক )



অইবা :

শান্তিকুমার থিংঙুজম

"ইমিৎসে তাঙনিংলে

## কচ্চবা

ঐখোয়গী অথোবশিংনা কৎলি মথ্বায়শিং
মুংশিরবা ইমা লৈবাক্কীদমক —
ঐন্দু কৎচরি ঐগী শৈরেং লাইরিকসে
অথোবশিংগী মফমদা।

শান্তিকুমার খিংজুজম

Title : "ইমিংসে তাঙনিংলে ইনাস্থু পঙনিংলে ঐ"

( Manipuri শৈরেং ৫১ গী অপুনবা )




অইবা ঃ শান্তিকুমার থিংঙজম

( Section Officer, P.W.D. Manipur )

( Bachelor of Civil Engineering,
Jadavpur University, Calcutta )

অফোঙবা ঃ অইবা

হক্ ঃ অইবা

অহানবা ফোংবা ঃ জুলাই ১৯৯৬

কোপী মশিং ঃ ১০০০

মমল ঃ লু ঃ ৪০

নম্ফম ঃ তরুন প্রিন্টিং ব্রাঞ্চ, পাওনা বাজার।

# ৱাহৈ খরদং

ঐ পুন্সিসিদা ৱারেং - শৈরেং অমত্তা ইখিদ্রি। A.I.R. Imphal গী ঈশৈদি 1986 তগী ইহুনা লাক্লি। ঙসি মালেমশিদা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক ময়ামশিংগী পাউ নম্রগা উরিবা ময়ামসিনা ঐঙোন্দা অঙকপা অকিবা শাউনিংবা লুংশিবা মীপাইবগী তপথবা ঙমদ্রবা ৱাখলগী মিহুল অমা কন্না চোংবা হৌহল্লে। মিহুলহুনা খল্লিবা মওং অমদি তাক্লিংবা ইঙ্গিং অহু ইথোক্তুনা মীরামদা থুদোল তমজরি শৈরেং ওইনবু। ঐ শৈরেং ইবগী Style অমদি লোন খঙজদে। শৈরেং-ৱারেং পাবদি য়াম্না পামজৈ অগস্নং পাজৈ। শৈরেংদা (মথীবোং য়াওদবা) অকে - অমৌ য়াম্না লৈতেংহুনা লৈশি লৈথোল থেং-চিন্দনা. প্রমান পাষ্টেগী মতেং লৌহুনা অপাবশিংদা ৱাখল খনহলবা অমদি লুহনবগী মওংদো পামজদে। লৈতেং হায়বসিদি পূক্লিং থোগং-হলবনি। অহুবু ঐগী লৈতেংগী গুন অমত্তা হাপ্পা ঙমজদ্রে। ঐনা নীংজরিবহু হেক্তা অপাবদা ইরাই লায়না খঙহন্নবা হোৎনজরে। য়ুম্বাল্লকপদা ঙায়রিবা মৌনহা অমনা অহানবা চাকথুম চঙবগুম্বনি ঐ। অশোয়বা কয়া য়াওরবসু অহানবা থুংমাবনি খনদুনা অপাবশিংনা ঐবু নোক্লবিন্নু ঙাকপিয়ু।

শৈরেংশিং অসি 1996 কী March তগী হৌজিক ফাওবা ইবশিংনি অহুগা ইখিবগী তাং থা অমত্তা ইজহৌদরে।

লাইরিকসে ফোঙনবা হোৎনবদা প্রেসকী মীওইশিং অমদি মেনেজরনা চাউরবা মতেং কয়া পাংবিবগীদমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। অথুবা মতমদা পুথোক্লবা হোৎনবদা বনালগী মতাংদা অরানবা খরা য়াওখরে। শোয়হন্নিংদে ঐস্নু, অহুনা অপাবশিংনা নোক্লবিন্নু।

শান্তিকুমার থিংঙুজম

য়ুম্নাম হুইদ্রোম খুনয়াই লৈকাই

২৪।৭।৯৬

## য়াওফম

# চীং কাবা

কাখৎলু মাঙদা কাখৎলু
য়েংলক্লম্ভু তুংদা হুম্নফাও
হোৎনৌ নখোংফম চেৎনবা
তাকুম্ভু মীনোক হ্রাম্ভু
চীংখোংদা লৈহৌরবা মীতম্বালশিংহুগী;
কনাম্ভু লৈবোই কনদিনবা
ওন্থশক্লবদা নংনা চীংথাদা
মীনোক মীচৈবু ফংগনি শাংনাইদনা
হাযবিরক্কনি মখোয মযাম্মা
"নথৌ লৈতনা নতিক নদনা
হৈম্ভু হৈতনা করিগী কাকরিবনো"
শোক্লবা নংগী থম্মোয থেমজিনবিররোই
চোকথববা নংগী হকচাং সেবা তৌবিবোই;
লাইওইথ্রবা ইপা-ইপুশিংনা থম্বিরম্বা
মগল যাম্লবা ঐখোয়গী লনশিং
ফিদম ইনাং-ইযেক লোনচৎ ইফিজেৎ
থোনা লিংজেল ঈ নাচংবা
লুপশিন্দনা থম্নবম্ভ মতম খবদি
ইমাবু মীরাইডম্বা মীফত্ত থরনা
কনাম্ভু খংবিদ পাংথি - কোমথিদা
পুখৎলো হৌজিক্তি নখোয়না
মতমসিগী চাওখৎপগী চীংদোন্দা
হো লাউরো, হৈযা হায়রো
কাখৎলু মাংদা কাখৎলু।

তেনজিং অমস্তুং হিল্লারিনা
হিমালয় চীংদোল জয় তৌবগুম
Mount Everest তা
লানঙম ফিরাল থেৎলম্নগুম
তুংগী মীরোলদা লমজিং-লমতাক পীরম্নগুম
পুখৎলু ঐখোয়গী লনশিং
থম্মম্‌ চাওখৎপগী চীংদোন্দা
খিল্লম্‌ নুংজাওগুম চীংদোন্দদা
থোরকপা মুমিৎকী মঙালগুম
ঙালহল্লম্‌ মালেমসে
কিহল্লম্‌ মালেমদা থঙহল্লম্‌
লৈরি হায়না ঐখোয়গীসু থৌনা ফবশিং ;
কাখৎলু মাঙদা কাখৎলু
থম্মম্‌ খোংনেৎফম শেম্মম্‌ লম্বী
তুংদা লাক্কবা চীংকারোয়শিংগী
য়োইবু-য়োইহেন তাল্লিবশিংগী ।

নীংহন্নবা তৌগম্নু মীনোকম্নু কিগম্নু
থবক অমা তৌরুবগী ফলদি
মায়থিবা নত্রগা মায় পাকপনিঃ
পোক্লকবদি শিবা নাইগনি
পোক্রবদি শিবম্নু খংলোইঃ
হোৎনত্রবদি মহাও খংলোয়
মায় থিবা নত্রগা মায় পাকপগীঃ
কাখৎলু মাংদা কাখৎলু ।

# ঙা অনিথুগী অরোইবা রাখল

লায়রবা লৌমী অমগী
পুখ্রি মচা অমদা
লৈরন্মী গ্রাস কপ মপী অহুমথক
মখোয় মকুম-মথা শুরক্লে
ঈশিং ইনৌ উবা য়াদরে
নাপী অশোংবা কংজাউ মনাক নক্লিংলক্লে
ইকায়-ইকি রাখল থাদোক
শিনি নানি রাখল খন্দ
পুখ্রি লৈরাইতদা লৈখরে।

কুম-থা শুরবা মচানুপীহু মপুরোয়বগা
নোংমা লাকই মপামদা;
চাক চরা অমহুং পীজনিংই মখোয়বু
লুরিবদি চেং লৈতে নুমিত্তু,
বুধি তৌই লৌমী করম তৌসিবা;
লৈরে উপায় অমদি
নীশিংলকই ঙাশিংহু
পরপ পরপ চত্তুনা পুখ্রিদা
লোংনা থিন্দুনা ফাবিরে ঙাশিংহু
মকুম কোকপগী অরাবা মায়য়োক্লরিংঙদা;
পুখ্রে ইহিং-নাহিং ইতৈ তৈ
ফ্রিং ফ্রিং চোংনা
কৈথেন্দা ঙাজাও অনিথক
অমদি থমহৌরে এঙ্খাংগীদমক।

লম্বীদা ঙাশিংনা খল্লি
"কৈথেলদা ঐখোয়বু লৈবিনবা লৈত্রবদি
পুথ্রিদা অমুক হল্লক্তুনা
ইচাশিংসে কোকচরবদি নুংঙাইনিদা"।

ফজরবা ঙা অনিদু উবদা
মীয়াম য়েংনৈ কৈথেলদা
মত্তিল যোংনৈ লৈগে থোরাংনৈ
ঙায়োনবিনা হায়বা লুপা ১০০ পীদুনা
লুপা অমনা থুনা লৈখবে
লুপাদুগী খাউদা চংলগদাই
অশাওবনা ঙাংখৎলবা মমিংশিংদু কুপ্তুমখৈ
ঙা অনিদুনা ঙায়োনবীদা য়েংলমই
অরোইবা ওইনা অমুক্তং
খাউ মনুংদা ফ্রিং ফ্রিং কাওদুনা লাওরকই
—"শেন্নবিন্নবা য়াওদনা
পুথ্রিদা লৈহৌবা ইচাশিংদু
তিল-কাঙ হঙোয়না চাথ্রবদি
নখোয়না পাপ পুগদবনি
নখোয়না ঙসি
ননিং থুংবগী মুংঙায়রি নোক্লি
ঐখোয়না ইচা পুন্সি কায়নবগী রাবি
ঐখোয়সু অমুক্তং নখোয় ওইরদিকো"।

— × —

## ইমিংশে তাঙনিংলে
## ইনাঙ্ক পঙনিংলে ঐ

হকুরবা মন্ত্রী চাউবদো
মশুগুম্বী লৈশাবী অমা লুহোংলে;
তোম্বীনা মপুরোইবগী ফিরোই য়েৌদ্রিবৈ
মচা অহুম ঙান্দোক্তনা
পাখং অমদা চেনখরে;
মপুরোইবা শিখিবগী মতুত্তা
কেরানি ওইখিবী বিমোলাদো
ইঞ্জিনিয়ার অমগী অহুমশুবী ওইখরে;
ডা: সোমোনা কল্লিগীনো খংদে
ওপরেসন তৌবদা অনাবগী পুক্লংদা
কাত্তি অনি য়াওনা ফোংচিনখিবগী
রাথোক ওইরে খবরদা ফোংনরে;
গাইনোকোনোজিস ডা: নবনা
নাইতোম লাকপী মো নহা অমা
মাগী কাদা রেপ তৌরুবগী
লৈবাক রাথোক ওইনরে;
ওপরেসনগী ফি লুপা ৩০০০ পিবা উমদবগী
লুখোইহ্ন ডাক্তর নোংথোক্লনা পাখা ওইহ্নরে;
দাইরেক্তর না সপ্লাইয়রগা মাগ্গমনা
মতম হেল্লবা হিদাকশিং
হোসপিতালদা সপ্লাই তৌহ্না
শেন্দোং তানবদা অনাবশিং হাংলমদৌরে

মঙু ফংলগা খুবা ইবোহলনু ইবে চাউবীগা
করিমীনো থংদে লৈকাই রুবনা
ঙরাং অহিং কৈন্যা রুংশরে:
ঙায়োনবী ইচে তম্পাক্রা
লুপা ১০০থকী ঙা পুদুনা লল্লোনবদা
লুপা ৪০০ শেন্দোং ফংই হায়
বজারগী গলি অমদা
ঙসাই বিহারী অমগা রারী চিকথনহৌই;
ইচে মঙি লাইরিক হৈতে
সুংতিগী বজারদা চৎলি
সুংতিগী কিকোল বায়রবা হোংই
থোইদোকপা কববার থংদে
হল্লকপদা সুংতিগী ঙা লৈবকই।
মচা মঙাসু ইংলিস স্কুলদা তমহল্লী
তা কোরাসু যু ডাওহনবা লৈ
নোংমসু M.N.G. গাড়ীনা
থোঙালদা থম্লবসু মাওই;
হরি নাম শোনবদা মমিং চৎলবা
পুংয়ৈবা সুবনজোইহ
সুংতিগী মাওশুনদা যু ঙাওই
অমাং-অশোংদি থায়
ময়ুমদা জাৎ তিমদনা মী চংহল্লে:
নিশা শিজিম্রবা মীবু
লোকবা হম্বনা থবদা মনিদোং
মমিং চৎথৎলকই শেল পায়থৎলকই।

হেরোইন গঞ্জা ড্রগকী কয়বায়দা;
মপুরোইবগী সেবাগীদমক বৃন্দাবন চৎখিবী
ইচে সনানা বৃন্দাবন মহাজোন্দা চেনখরে;
চিংনবা মী অমা ফানবা হোৎনবদা
পুলিসনা সিফাইনা নোংমৈ কাপ্পদা
মীচম ১৩ শিরে ১০ শোক্রে
মীবু উপাল-রাপালগুম খয়রে লমদমসিদা
শিখিবা মীদা লুপা লিশিং কুম
পীনি লাউথোকই সরকারনা
অস! 'মীবু — —
স্কুল চৎখিবা নেত্তাজীদো লম্বীদা শীরে
উহোবা মীনা হায়-রকই
পুলিস কম্মান্দোনা হাৎপনি
S.P. না খবরদা ফোংলকই-
"পুলিস উবদা চেনবদগী কাপ্পনি
মশাদা পোইন্ত থি, থি গী রিভোলবর অমদি
লালহৌলুপ অমগী অরোনবা চেচাংশিং য়াওরমই"
অস! কোলোমস্থ নোংমৈ ওল্লে লৈবাকসিদা;
থা অমগী তুংদা লৈফেদগী ইল্লকপা
তা কোমোলদো ময়ুমগী থোঙ্গাল যৌরমদাই
লম্বীদা চৎখিবা খুলাই পায়বা নহাস্থ
উহৌদবগী পুলিস কম্মান্দোনা
শরু-শয়াং থুদেক্রম শিনিংচিত্তা থম্বী রম্রে
রাকৎলুই অঙম অথৌশিংদা
S.P. না খবরদা হায়রকই —

"লালহৌবা নহাশিং চংজফম পীরম্মী"
তাবদা কিজৈ য়ুমথংনবা ঐদি,
লালহৌবা শাশিন্নবা নহা অনি লাক্লগা
মোধুনা লৌ বন্ধাল থমদুনা
মপাগী শোয়াংকী থমজবা লুঃ লিশিং কুন
পীয়ু হায়বা য়াদবদগী
"লালহৌলুপপু শৌগংতে লৈবাক্কী খুন্দে
নিংতম য়াওল লানমীগী
মাইয়োক্তা থবক ত্তৌই"
হায়বিহুনা মবুক্তা নোংমৈ কাপ্লম্মে
পৈশাস্থ মুন্দনা পুবিখ্রেঃ
নিশা লৈনবা পৈশা পীয়ু য়াদবগী
মাশ্মা ইবোংতোলদো মচা লুখোইনা
অহিংদা থাংনা কক্তুনা হাংলম্মে;
লৌয়ি য়ুম্ফমগী নিশা চাবা ময়াম্বনা
পোকমিন্নবা মনাওবু থাংনা কম্রেঃ
মপামদা নত্রগা বজারদা চংখিবদগী
মৌ নহা অমা য়ুমদা হল্লক্তবা
থা অহুমং ওয়ে হায়নৈ থবরদাঃ
শাবদা ঙায়ুরিবা বিলদিংদো
ওয়াং শজাবা মুমিত্তা নিংখায়বদা
মী তরা শিরে থবরদা হায়নৈ
শেম্বদা ঙায়রিবা তোর্ব্বান্দো
কুমগী নোংজু অহানবদা নীংখায়রে
ঈশিং ঈচাও থোক্তুনা প্রজা বানরেঃ

সরকারনা পীবা তৌতি ঈশিন্দা
কংকুপ তিম্প্রোক অমাংবা য়াওরে
রা রা লাউনৈ মুপী অর্থাংশিং;
মোমোচাদো লৈকাইহুগী ড্রগ চাবশিংনা
মন্তক লেন্দনা ঈ চুপ্লমে হায়নৈ:
হোসপিতালদা শিদৌ নারিবা
তা কুল্লাগী সেবা তৌরিবী ইতৈমা মালিকা
শিদৌরবা মতুগী সেবা তৌরিবা মুপা অমদা
ভরাং হোসপিতালদগী চেনখরে;
লৈশাবী মচা অমনা
পোকপদা ডায়রিবা অঙাং অমবু
নম্বল তুরেলদা থাদরমে
কনাগী মচানো মাগীরা মীগীরা;
বিজোইনা লেংমারিবা মমাতোলগা
ময়ুমদগী মাংখিবা থা মডা হেল্লরে;
তা অলিমুদ্দিনগা রোংথোই কবুইগনা
অজ্ঞা ক্রতুগী মমাগী শোয়াঙা
মান্দব ময়াই চংহুনা শেল থারম্মী;
বজারগী চার্লি তাবা পুলিসনা
চীংহাওবু খাউজাও পুবগী
লুপা ২০ ফাইন তৌবা
মকোক ভাওহুমা রিক্সোদা উইহুনা
লাকপা নহাদো মু ভাওবনি
হায়জিন্দনা লুপা ১০০ ফাইন লৌখিবা
উহৌই ঐ ইমিৎসিনা উহৌই:
খবরদা ইরকই—

"মররারী অমনা ঙরাং মুমিদাংরাই
চুকান শো লোনবদা
মৈতৈ লৈশাবী অনি য়াওখরে";
লমদা খা লোইথ্রসু
নোংঙাল্লমদাই ফাওবা থাবল চোংনরে
মবুং-মৌপা মমা-মপাগী মমাংদা
মুংশি রাবী ফোংনা শারে
লম্বী সোরোক্তা অমুক মুংথিলদসু
থবাল থাগী চুইগুম ইকাইবা থংনদরে,
মৈতৈ লৈশাবীশিং ফানেক শেত্তরে
হাওফি লোংথ্রি শেৎনরে,
হিন্দু লাইনিংগী মৈতৈ ওইরগা
মুসলিমগী ঈদতসু শরুক য়াই
কবুইগী গানঙাইদসু
য়ুবু থক্ত শাবু চার জগোই শাবসু য়াওই
খৃষ্টানিশিদা অমুক য়াওর
X—mass কী থৌরম য়াওই,
মৈতৈ লাইনিংগী চৈরাওবসু য়াওই
ইমোইনু সনামহিবুসু ইরাৎ থৌনি তৌই
উমংলাই হরাওবসু যাওই
বারুনিদা নোংপোক নিংথৌ পঙ্খোইবী থুরুম্মী
মৈতৈগী নিঙোল চাকৌবসু য়াওই,
মৈতৈ লাইনিং চৎলগা
হিন্দুগী যাওশংদা যাওচুনা
মৈতৈ ইনাংকী থাবল চোংবসু থেৎচিল্লি

হিন্দুগী লাইশিং বিশ্বকর্ম্ম
শনি মহাদেব সরস্বতি দুর্গা খুরুম্মী
দীপান্বিতা গোবর্ধন পুজাসু ভৌইং
ঐগী মীগী ইলাং লাইনিং
পুনশিন্নরে লম্নসিদা।
করিনো ডসি লৈবাকসিদা
ঐগী পীক্লবা চীংলৈবাকসিদা
উরিবা তারিবা ময়ামসে
ঐসিবু তাইবং সেন্নান্নরবরা
মাদুং খোংগাউনরবরা হায়ফম খংদরে
নত্তে অচুম্বা ডাক্তনি
ডসি তারিবা উরিবা ময়ামসে
শাওনিংবনা হকচাংসে থক থক নিক্লে
থম্মোয়সে ফাথবা ডমক্রে
ইখুৎসিনা থোরবা পুংহুৎ পায়হুনা
নাকোং জ্রম অনিসে শেগায়রগে
ইমিৎ অনিসিসু চক চক থিন্দুনা
থুগায়রগে হোগায়রগে
কৈদৌনবা—
না পংলবদি তানিংদবসু তান্নরোই
মিৎ তাডলবদি উনিংদবসু উররোই
ঐ য়ান্না মুংডাইরনি।

# মৈতৈ হুই

মপুবু য়াম্না নীংঙৈ মৈতৈ হুই
মমিং চংলি লৈবাকসিদা
খৌজিল্লবদা ইন্দবা লৈতে
চীকহল্লিংবা মীহু অদুম চীকই
খোংহল্লিংবা মীদা অদুম খোংই
য়াম্না হৈ-শিংই মৈতৈ হুইঃ
অহবু পান্নদে মাগী থাবাদি কনানসু
মাদি পংফত্তনি শাহিং চাবনি
মীগী শাদোংসু ফক্তনা চায়
মজাংকী জীবসু চায়
পীজরিবা মথৈ চায
মথীবোং য়াম্না লাণ্ডই।
মীপোং হুরাল্লবা মপুনা
হুরান্দবা মীচমদা হৌজিল্লগা
হেক্তা চীকই খোংদি,
লম্বীদা চংচবা মীচমসু
মপুনবু খৌজিল্লবদি
চোংশিন্দনা হেক্তা চীকইঃ
অঙাং ময়াম শামমিত্নবদা
মপুগী মচানা লাল্লবগী
অতৈ অঙাংনা ফু-চৈবদা
মপুগী য়াথং ফংজবসু
ঈহিং নাহিং শাবমথৈ
মীতোপ অঙাংহু চীকপী
মথৌ মশক খংবগী
থাগৎ মনাবু মপুদগী ফংজৈদো।

জাং অতৈগী হুইস্থ মপু নিংই
অত্তুবু মৈতৈ হুইগুম্মা তৌদে
মাদি মজাংকী জীবশিং ভাকপী শেনবী
মপুনা থৌজিল্লবস্থ ইনবিদে
অপঙবা মৈতৈ হুইদি
পামজবা অচাপোং পীব্লগা
মচাশিংহু মীনা হুখিবস্থ য়াই
মীনা হাংখিবস্থ য়াই
মচা সুংশিনদগী মথিবোংনা হেল্লিং
থৌনা ফৈ হায়জিল্লগা

অকনবা শকসন্থ মতাগুম
মখোয় মশেল চীকখায়নৈ হাংনৈ
শু শু হে মৈতৈ হুই শু শু।
অচাপোং পীজহুনা থেম্লম্লগা
হুরানবনা লম্বা নাথৈব্রগা
অনকপা লাঙ্গদবা মীশিংবু
মরাল শীবিব্বী চীকপিরি নংনা।
নংদি খংদেনে হে মৈতৈ হুই
নংগী অশেংবা মপু অমা লৈনে
পঙই হায়হুনা রায়খিবনি নংদি
অরাইমল পীহুনা মতম খরগী
নংগী মতম লোইরগা
অশেংবা নয়ুমদা হল্লব্রদা
নংনা চীকপদগী শোকপ্রবা
নংগী মপুগী ফিভম য়েংঙল্লোই মং
অমাংবা নত্তবরা নংগীস্থ নজাতিগীস্থ।

— ✕ —

# নংদি মুপীনি মুপী

ফিজেত্তা রাঙাংদা লমচত্তা
থবক্তা চাকচা মুথক্ত মুপাগুম্মমু
নংদি মুপীনি মুপী
কৈনা হৌদোং পোকপরা
পীক্লিভৈদা কৈগা হৌদোংগা মাম্মমু
চাউরক্লগদি কৈনা কৈগী
হৌদোংনা হৌদোংগী লমচৎ চৎখিনিঃ
ঙাম্মু মপীনা য়েরুম কোন্দনা
য়েন্নাও মচা চেল্লমু
চাউরক্লগা য়েনগী লমচৎ চৎখিবনি।
লৈঙাক্লোন থৌনা লিংজেল
লাইরিক লাইশু থবক থৌরম কয়াদা
মুপাগা মান্নবা কয়া লৈরবমু
নংদি অঙাং পোকনি
নংদি অঙাং য়োকনি
নংগীদি পংথবা মীকুপ লৈবনি
নপুরোইবগী সেবা তৌগনি
নংগী থম্মোয়দি তোঙাম্লি
থোংকল্লি নৌগনি লৈরাংগুম
অমুকক্লু রুনগদ্দি মুংঙন্না
অহুবু অক্লোইবা শক্তমদি লৈখোম্মি।
ঈশ্বরনা পীবা ঙনবু
মতম থরা থৈদোকপনি নঙদি
মমানা মচান্নী লৈবা মীয়াংশিগা
কৈদৌম্নুংদা মান্নবা য়ারোল্
"চৎলিংবা মশুইশৈদা চৎলুরমু
পৃথিবীদা অহুম হল্লকনি
পৃথিবীদি লেংদনা লৈবনি"।

---

# ঐগী চোইরোল

শুক্র মমবা অহিংগী
লম্বী চৎপদি করম চৎলক্লি
আশা য়াঙবা পুন্সিদা
রাখলদি কনাবু ঙাইরম্মিং
মালংগী চৈথং কংবদা
লৈরাংনা কৰিবু খল্লম্মিং
লৈমল চন্নবী লৈরাংনা
খোইম্নু লাকপা উবদা
কবিবু খল্লম্মি
লিক্লা পক্কবী লৈরাংনা
অহিংদো করম্না লেনখিবা;
লৈখোক লোইরবী শীংঙেলদি
অহিংদা করম্না লেম্লম্মিং
লৈচিলগী ফিজংদা লোৎপ্রবী
মদোম ঙাঙবী থাজনা
মিৎযেং রাংমা লানথ্রবদা
নোংইলনা কনাবু ঙাইরম্মি
থাবল্লেনা করিবু খল্লম্মিং
মউ কংলবা উপালনা
বসন্ত লাকপদা করিবু খল্লম্মি।

— —

# বন্দ অমগী দর্গ অমা

বন্দগী বন্দ ভাক্ত লৈথাকসে
বন্দগী লমদম বন্দপুর
পৃথীবিদা অতাওবা লৈবাক্কি
পৃথীবিদা তাওলবা বন্দ
মশীং থিঙমদ লৈকৈ লমসিদা
বন্দ অমগী মমল পৈশা অমা
হোঙগ্রে মীগী মমলস্থ
মী অমগী মমল পৈশা—$\frac{1}{100}$ ওইরে
শিবা কিদবা ইকাইবা খঙদবা
মরিল য়াওদবা মীশিংগী লম ওইরে।
থবক ফংদবগী বন্দ
থবক তৎপগী বন্দ
তলব য়ামদবগী বন্দ
তলব ফংদবগী বন্দ
ইন্সরভিয়ু হায়দোক্তবগী বন্দ
এঙ্গাং হাওত্তবগী বন্দ
চেঙ লৈবতগী বন্দ
মচা ওক্তবগী বন্দ
মচা পরিক্ষা ভমদবগী বন্দ
মচাদগী মীচানা হেনখিবগী বন্দ
অপাস্বা নুপী ফংদবগী বন্দ
নুংশিংনা য়ুম থুদেকপগী বন্দ
মতুনা চৈবগী বন্দ
মতু কায়নবগী বন্দ




মী শিজবগীসু বন্দ
মী শিহলবগীসু বন্দ
মী হাংনবগীসু বন্দ
থবক প্রমোসন ফংদবগী বন্দ
চাবা তুমলবগী বন্দ
নোং কল্লা চুবগী বন্দ
ইচাও থোকপগী বন্দ
তোর্ব্বাল নীংথায়বগী বন্দ
ঈশিং ফত্তবা ফংবগী বন্দ
থোং তেকপা লম্বী কায়বগী বন্দ
মীনা ফুবগীসু বন্দ
বন্দগী বন্দ ভাক্তা ভাইরে।
বন্দগী অর্থ করিবো
পেন্দবা কোঙদোক্লনা লেম্নবা
অপাম্বদু ফংলবরা
বন্দবু পামজবগী তৌবরা
দাবিনা কনানা পাবা
দাবিনা কনানা ফংবা
বন্দগী অমাঙবনা প্রজাগী
বন্দগী দশানা তুংইনবশিংগী
বন্দগী মহৈদি লুলিংবশিংগী
তাইনকম সরকারদি কদ্বিসু মাঙলে;
থেম্নি সরকারনা লুচিংবশিংদা
পীরনি লুপা থাউজাও কয়া
লাউথোরকনি লোংভাল্লগা বন্দ তোক্লে
বন্দগী তুংইনবা শিখিবা

শোকখিবশিংগীদি মরম্নাইনি
ফিরে হুন্জোই তুকচরে বন্দ।
নোংমগী চংজ্রবা য়াত্রবা পোংশিংগী
মমলদি অসুম রাংখংলক্লি
মীযামগী মাঙজবনি খন্না
কনানা বন্দ কৌবগে মসিগীদমক;
লৈঙাক্লোন ফজদবগী
শেনজা খুমজা তৌদগী
কেন্দ্র সরকারনা থওইবিদবগী
চাউখৎ থোরাং ফজনা তৌদবগী
কনানা বন্দবু কৌবগে কমশিদা
মশাগীতা য়েংহুনা বন্দ তৌবনি;
বন্দ তৌরগা প্রজানা ব বগা
সরকারনা বন্দগী দাবি পীবরা
করম্বা বন্দগী দাবি
করম্বা মতমদা কনাদা
পীগ্রবগে সরকারনা থবক ওইনা
চেদনা পীবনি বন্দগী দাবিদি
থেম্বতা য়াবা প্রজানি
ঙাইহাক্কী রাখলদা ঙাওবনি
শীংনাইদনা 'রানাইবি মুপীম্নি
খিরশি বন্দগী মহুত্রা
অতৈ অকবা উপাইশিং।
মরম চাদবা বন্দ তৌবগী
মীয়ামগী ওইবা বন্দ তৌদবগী
তৌরগনি প্রভু বন্দ অমা
বন্দ তৌরিবশিংগী আয়য়োক্কা?

# মৈতৈ ওফিসারনি ঐদি

মতমগী বাখল চিঙ্গাক ফিজেৎ
লোনচৎ – শাজৎ চৎনবি চুনরবা
হিংবগী থাক রাংলবা
মৈতৈ ওফিসারনি ঐদি।
ঐগী অঙাং মঙামক
লম্নাই ইংলিস স্কুলদা তমহল্লি
ব্রেকফাসতা শঙ্গোম মেরুম লঙ্কোই পীজৈ
স্কুল অকা অকুমদা
থাদা লুপা চামঙা পীহনা
গাড়ী অমা রিজার্ভ তৌই
যুদদা টুইশনগী লুপা লিশিং অমা
অহাওবদা লৈহনা চাগনি
এঙ্গাংগী থাদা লুপা লিশিং অনি
গাড়ী থাউগী লুপা শিশিং অমা
লৈজবা লৌস্নু লৌশাল চাগনি
করিগী লৈথোম তৈজরুগদগে
জপাল রুশিষা চিনাগুম
ওফিসারস্নু লৌমী ওইবদি অপঙবনি
চাবা কোম্রগা হুকান্দগী শোংকনি
অশোংপা শেল থোরক্লগা খৎনগনি
অতোপ্পা হুকান্দা অমুক চঙগনি
ক্লব নহারোলশিং দোনেশন
চাউনা চাউনা পীথিনি
ইশাগী খরচ লুপা লিশিং অনি
পোয়েং, চায়েংগী লুপা লিশিং অমা
মুপীগী খরচ লুপা চামঙা

মাস্থ মীমাংদা চোপহলবা য়াদে
অতৈ অতৈগী লুপা লিশিং অমা
ইমান্নবশিংনা হেলহলবা য়াদে
ওফিসারনি থাজরোই মীনা।
য়াহৌরকপদা শঙ্গোম য়েকম লকোই চাগনি
শেন্দোই কাবিদা পৃথ্থনা লৈরবা
মাকুত্তি কাবু ভোংদূনা
কা জারদা অমা চা
চূরুত অমা চিংলা
পুং ১০ দা ওফিস চৎকনি
ওফিস য়ৌরগা ইনাক্তা ফম্বি
ইথাদা লৈবী মুপীশিংবু
বিং তোথুমা লক্লগনি
পঙথরকপা তামজা ভাইগনি
রাথি রামেম ভাওগমি
ঐনা হায়বা শাউরগা য়াদ্রগা
অশোয়বা য়েংথুনা তলব থিংবিনি
ঐগী শক্তি উৎথোকনি।
থাগী তলব লুপা লিশিং মভা
থাগী 'থরচ থামজবদা লিশিং 'মাপাল
ডিউ তাই বাবিদে
ওফিসতা তানগনি
মীগী অথুবা ফাইল ফাজিলগনি
লুপা য়াম্বে চামা 'পীরদি
ফাইরাহ্ জামি থাদোকথিনি
পীদ্রগনা রেক্তা মীয়াং থুহরগনি

খঞ্জেত্তুগী কাইথরঁকপা শেলকম
নিযম লায়া শীজিন্নগনি
কাইলদা চুমা ইথিনী
খরচকী এদজস্‌মেণ্ট চুম্না তৌখিনি
য়েংলকপা মীওইশিং মন্ত্রীগা তাকনি
ট্রান্সফর তৌহনখিনি চীংদা
মীগী কঁমপ্লেন মরা লোদে
মন্ত্রী ইখুত্তা লৈ
কংলুনি ভাজাও, লুপা খাউজাও
য়ানদবা লৈতে মৈতৈ ওফিসারগী।
মুংখিল পুং মরি তারক্লগা
শানৈ য়ুনৈনি ঐগী কাদা
মুমিদাং কোয়রুনি পান চুকান ফম্নি
মিংচিগী লাংথাক হৈবিশিংগী মাক্তা
লাষ্ট সোগী সিনেমা য়েংমিন্না
থেঙনা য়ুমদা হল্লকনি যুঙাওহন্না;
ইমুংদা করি তৌরি
ইমা ইপা ইচিন ইনাওশিং
ইতু-ইচাশিংগা বারী শানবগী
মতম অমত্তা কংদে ঐতোন্দা
ইমুং-মনুংগী চাউখৎ খোরাংগী
বাখল খনবা খন্নবা শংজদে।
ইচাশিংনা চাউরক্লগা দাবা হেনগম্নি
খরচকী শেলফম হেনগৎলকনি
থবক ইনথাংগী বানোম শেল
লুহোং-খোংদোংবগী শেল

ইমা-ইপা ইচিন্ন ইনাওশিংগী ফেংবগ্নং শেন
পেন্সল কংলবা তুংদা
ইমুং-মন্নুং থাক্লবা শেন
ইচাশিংগী চুংগী লন ওইনবা
থম্নিংবলিং বেঙ্কদা সেতিংস
অহুবু ঙমদরে খঙনা খঙনা
ইরাক্লদোরে মতমগী ইরৈথা তাড্রিথকদা।

## লায়রবী ইমা

মুংশি মুংশিরবা থাউমৈ মরুমদা
মচি মচিদা হাংলবা লুকমাইনা
মাংদা থমহনা ফম্লিবী ইমাসে
য়েংউ মুংশিদবা খল্লুর, কপ্লিংদরা।

অরাবতনা মশক্ক ওইরবী ইমাসে
মীতাক্লবা কৈরেখেলদা কনা উত্রখদা
হাংলবা পুক্কী কল্লবা লানকমদা
নীংঙাইদ ফম কনাবু ঙাইর্বিবা।

অরাবা কোঙ্গাই থাংলি পুক্সিদা
মীকুপ অমত্তং নোকপা ফংজ্রবী
অথাং কনবী মৈতৈ ইমাসে
জাতি কয়াগীঙি থিদমফম্নি।

মচাশিংগী খনবদা রাজরবি
চাব-থকপা মপুং ফাজ্রবী ইমানি
ঐখোয়না চাওর মপুং ফারকান্দা
ইমাগী খোয়াং লমন শিংগনি।

— x —

# শকথংদবা নংবু কম্মানো

পুন্সি ভোর্ব্বান্দা লেপ্তনা
অরাবা ঈশৈবু শক্লিবা
শকথংদবা নংবু কনানো ?

পুন্সিসিবু নংন্না
অঙাং নরা ওইরিঙৈগী
শান্নবুং মুংঙাইবনি শক্লুত্নুনা
থম্মোয় পেন্না মোক্লু
ঙসি হুয়েংগী থলহৌদা -
মুংঙায়বা ঈশৈ শক্লুত্নুনা
পুন্সি শিন্বা কাউক্রম্বরা ?

ঈশৈ শকপা লোইরকপদা
হন্না কোয়না য়েংবদা
ভাবোক কনা উত্রবদা
রাজমল করিসু ফংদ্রবদা
মায়থিরে থম চিন্ন' মতমদা
অরাবা ঈশৈবু শক্লিবরা ?

পুন্সি লানকমদা মান্নথিরবা নংনা
পুন্সিগী য়াচংল' মতমসিদা
অরাবা ঈশৈ শক্লুবদি
ভাবিনবা কনাসু লৈরোই
মায়গৈ থুদিংগী য়েক্লবা ওইনি
নোক্লু খোন্থাং লাক্লনি
করিসু ফংলোই নঙগীদি।

— × —

## ঋাকৎ

মীওইবনা মশাগী স্থুংঙাইনবা হোৎনবদা
জঙ্গল ঐবু অসুম কোকখোকপীরে
ইরুম থুপ্না হিংজরগা
মমল য়াম্লবা শা উচেক কয়াস্থু
মৃৎশিল্লক্লে ওসি মাঙেমদগী,
চাউরবা উজাউ স্বপ্নীদমক
পীক্লবা পাম্বী কয়াবুস্ত মাংহনবীরি;
শীংগী য়ুমশাবগী ইয়ুং মস্থুংদা শীজিন্নবা
মথল খুদিংগী উগী পোৎশিং,
রেল তাল্লি, জহাজ, গাড়ী থোড়ী
থোংনচিংবা শাবদা ঐগী উ শীজিন্নরি,
তাংলবা উহৈ-রাহৈ কয়া
হিদাক শুংবদা শীজিন্নবা মনা মশিং কয়া
চে শাবদা ফিগী লং শুংবদা
শীজিন্নবা উ-রাশিং ঐনা পীখনি
মমিং চংলবা আগর ঐনা পীখনি;
লেংলি পাল্লিবা জীবশিংনা
দরকার ওইরিবা ওক্সিজেন
ঐনা পীথোক্লগা
মখোয়না পীথোক্লকপা কার্বোন দাইওক্সাইদ
ঐনা অমুক ইচিঙ্গাক ওইকরনি
ঐনা লৈত্রবদি পৃথিবীদা
অহৈং অশাগী চাং নায়ররোই
স্থুংশিংকী কুয়োমদা কার্বোন ডাইওক্সাইদকী চাং

অসুম অসুম হেন্নক্তনা
শাবগী চাং হেনগৎলক্তনা
নোংমদি মেরুগী উনশিং শোদোক্লকনি
সমুদ্রগী ঈশিং ইমায় হেনগৎলকনি
সমুদ্রগী ঈশিং ইমায় হেনগক্তনা
কংফালগী শরুক মাংখিহনা
জীবশিং লোইনা মুংখিবা য়াই
ঐ লৈত্রবদি পৃথিবীদা
নুংশিৎ অশেংবা ফংলোই
জীবশিং মশা ফংলরোই
লায়না কয়া পোক্লকনি
কল-কারখানাগী হু চেনবা মৈখু
ঐনা মাংহন্দনা নুংশিৎপু শেংনা থম্বনি
ঐ লৈত্রবদি মালেমদা
নখোয়সু হিংবা রাগনি মীওইবা;
মীওইবগী মতেংদি ঐনা পী
ঐগী মতেংদি মীওইবনা পীদে
তাইথনা ঐবু ওৎপীয়ে
হিংবদা কিহল্লে ঐবু;
"নখোয়সু হিংনিংলবদি
ঐবুসু হিংহল্ল
হে ! অপংবা তাইবং মীওইবা" ।

— × —

# নম্বুল তুরেলগী ঈচাও

মতম খোংলোই তুংইন্দনা
ঈচাওনা লাক্লবদা নম্বুল তুরেন্দা
মফম খুদিং শীন্থংনা
তোর্বান নাকল অনিদা
মীনা ফিডৌ ফৌনরে
লৈম্লৈ মাবু মীহৌনা
ঈলগী অগোইবু শানরে।

চিল্লবা মতমবু মাংহন
মাংখিবা মতম্বু পাম্মদ
নহা-অহল খাক্তনা
ইরাংদা ঙাওজবা মীওইশিং
তোর্ব্বান মায়গৈ তম্লৈ
হয়াও-মথোয় কানৈ
মখল মথেলন্নী ফিজেৎ শেৎল
মথুম মরাং হৌনরিঃ
হোরেল হয়েংগী থন্দ
ইমুংগী লৈত-লায়র থন্দ
অচাওরম পামজবি
অহাওবতা চানিংগনবী
মো নহা, মৌয়াই কয়ানা
ঙাবু লৈরহনা
ইজং লৈবা শাহনা

লমজাও অমক্তা ভাম্থোইরি
হায়না হুম্না চৎলি।

অমগী মথংদা অমমুক
নোংজু খুদিং ঈচাও খুদিং
অস্থুম তৌইদো লমসিগী মীওইশিং।

খংবিদেদো মৈতৈ কনানা
ঈলগী জগোই শারিবশিংগীদি
হিংনবগী লানফমনিঃ
অপংবনি হায়নিংই
মতম কয়া মাংহুনা
ঈলগী জগোয়বু য়েংলিবা
মৈতৈ ঐখোয় পুম্নমক।

অ! অঙকপনি লমদমসে
চৎনবীগী নোংজুদা
ঈরাংগী ঈচাও লাকপদা
শিবা তারেদা থুনমক।

— × —

# মৈতৈগী মাংথ্রবা লনশিং

হায়নরম্মী লম্বা লৈতে মৈতৈ লৈবাক
কনবদা থৌবদা লিংজেন্দ্রা;
য়ুমথংনবা লৈবাকশিংগী নিংথৌশিংনা
কিনরম্মী লমসিগী মীশিংবু;
মৈতৈ ঈয়িক অমগা মান্নরম্মী
য়েক্ল' লিশিং করাগী ঈবিক্কা।

লৈমাইথক্তা খোংনেংননা চংলুবদা
লাইওইথ্রবা অথোবশিং নীংশিংলুবদা
তুবু খ্যাও চোংই।

লৈরম্মী মখল কযাগী
চংনবী লোনচং ঈযেক ঈনাৎ
ইফিজেৎ ব্যবহার থৌগল্লোন
থৌনা লিংজেল ধর্ম্ম
চংনবী লাইশোল ,ত্রিনশোল
হায়নবম্মী মৈতৈ লৈবাক্তা
লাইগা মীগা শম্নরম্মী হায়না;
অত্তুবু ঙসিদি লোইনা মাঙখরে
মনেমদা ইনেম্বোক কৌদনা ইমা কৌনরে
মকুদা ইকুবোক কৌদনা বাজী কৌনরে
মপুরোইবগী মচেদা ইনম্মা কৌদরে
ইচে হায়নবু কৌনরে
ইতা হায়বা মিংগৌম্নু
ভায় হায়না কৌনরে

মচে লোবা মতৈদা ইতৈ কৌদনা
মুপাগুম ইথাই কৌনরে তামো কৌনরে
মিংসু মৈতৈ মীং কৌনদরে
মীতোপশিংগী মীং লোইনা থোলনরে।
ঙাতোল পেংবা ঙাখা ঙম্মাই
মৈতৈ শরেং ঙারোই ঙাতিল
ঙাতেল ঙাহৌ ঙাহৈ ঙায়াই
মৈতৈ ঙমু ফিত্তিল থরাক
ঙানপ ঙাসেপ ঙানালনচিংবা
লমশিতগী ওইবা ঙাশিং
লৈরম্মী মতম অমদা
অদুবু ঙসিদি কদাইদা চৎপ্রবগে
মঙুৎশিনবীরে মীতোপকী ঙাশিংনা।
ময়াং লৈবাকী লাইশিং
দুর্গা শনি কালিমাই সরস্বতি
জগন্নাথ গোবিন্দ রাম রাধা কৃষ্ণ
বিশ্বকর্ম্মনচিংববু মৈতৈগী ওইনা খল্লরে;
মাংথরে সনামহীগী লাইনিং লাইশোল
ইরোলসু থৈখরে মীরোলদা তাংজরে;
মীতৈগী উমং লাইশিংবু
ময়াং লাইগী মমিং লোইনা থোলবিরে।

অদুবু মতম কুইনা মাংলুরবগী তুংদা
লাক্লে অনৌবা লন থর অমুক —
শোন্নরে লাইশোল শিদবা মপু
ইরাংনরে সনামহী ইমোইমু;
নিংনরে লাইনিং সনামহিগী;
ফংনরক্লে মৈতৈ ঙমু মৈতৈ শরেং
ঙামহাই ফিত্তিন ঙানপ নচিংবা ঙাশিং

— x —

# ঐনা শিরবা 'তুংদা

ঐনা শিরব 'তুংদা
থংলরোই মতাগুম লম্ফোইবিম্ন
ঐদি ধর্ম অমত্তদা লাইনিং লৌজদে
মীতৌ তম্বনি ইনাং নত্তে;
অশিবা হকচাংগী মথক্তা
ইগী য়ুম মচা নম্থবিরক্নু
থাংবদা ৱাগনি,
উগী কুম্ন শিজিন্নবিম্ন
উ য়াম্না তাংই
ঐগী ইংখোল মচি অমদা
মৈ থাম্নগা ফুম্বিযু
তুবেলদম্ন পুবিম্ন লৈরাই নীংথাযবদা য়াওখিনি
ঐগী শরুশিং মচোই তাখিনি;
মেদিকেল কলেজদা হকচাংস্ন কংচরোয়
ঐঙোন্দগী খংহৌবা মহৈশিংদু লাম্না শীজিন্নখিনি;
অস্তি সঞ্চয় শোৱাং কুমগুন ফিরোই
তৌবিম্ন ইনাং নত্তে
মকুপ-মপাং মরী মতাশিং পোয়েংগী ৱাননি
অন্থগী মহুত্তা
ঐবু মুংশিবিদুনা লাক্লবা পোংলোইবগী মীয়ামদু
মরী-মতা মকুপ মপাংশিংগা লোয়ননা
নোংমা ফজবা চাক্লেন অমা পীজৌ
চাক্লেন মমাংদা ঐগী নুংৱাবু থংবা মীনা

ঐনা মলেমদা লাকপদগী চৎখিবা ফাওবগী
বাৱী লীচুমা তাহলবীয়ু;
ঐগী মিংমু হোংহলবীনু
ওনবীগনু ঐবু দাসকী শাগৈদা
ইমানা কৌবা মিংচু কৌহলবীয়ু;
করিগীনো লমসিগী গৌর ধর্ম্মগী মৈতৈশিংনা
মুপাবু দাস মুপীনা দাসিনি মিংথোক্লিবা
বঙ্গলি ওন্দ্রবদি শিবদা
থবাযনা স্বর্গদা কারোয়দবরা
মৱৌ লৈবা শান্তিদাসনি
মীতম্বাল থীবুকচাও গরিবনিৱাজনি।

ঐ খংলরোয মতাংগুম করিগুম্বা
অস্তি সঞ্চয় শোরাৎ ফিরোই তৌরক্লবা
লুংশিদনা মুংশি শাশিন্ন
ইজং তালগে মতাংগুম
থাবিবকনু ঈশৈ শকপদা পৈশা
করিবু খংবগে মখোয়না
ময়েক য়াওদনা ঙংবতনি লাউবতনি ঈশৈদা
কায়নবগী অৱা ঈশৈ শকদবদা
রাধা কৃষ্ণগী মুংশি লুংঙলগী
বাৱী তাহল্লে মীয়ামদা
অপংবা মৈতৈ অহলশিং
মঙদা কপ্পগুম কপ্পবদু য়েংনিংদে।

জঙ্গলগী শাগুম্বা সমাজনি
লৈহৌবা মুপী অমদি ইচামুপীশিংবু

মরুপ-মপাং থিবিরা
মীয়েং কান্নন ভাবীমু
খুদোংচাবা লৌবিমু লমহাংগী লৈরাংগুম
ঐনা লানখিবা কয়া য়াওরমু
চংশ্রবনি খন্না মখোয়দা লমন শিংবিমু
ভাকপী শেনবীয়ু তেংবাংবীয়ু তোল্লবশিং
বৃন্দাবন কাব্রবাব তৌবা মীশিংনা
থেম্বিরুম ঐগী মুপীবু বৃন্দাবন চংনবা
মক্কমতুগা ঐখোয়গা মরী লৈনদে
ঐখোয়গীদি কংলানি সনামহী পাখংবনি
লাইকম চংলুবদগী ঐগী মুপীতু
লমচং শাক্লং কায়রকপা য়াই
য়ুন্নাক শাগৈ হোংখিবা য়াই
পীতং-পাতংলবা ইচাশিংদো
রানা পুন্সি লেনহৌনি
অতুনা থেম্বিরুম চংহল্লনিংদে।

অসিনি ঐগী পামজবশিং
ঐনা শিরবা 'তুংদা।

— x —

# ইনাকখুনবা

ইনাকখুনবা হায়বা মিংথোল নঙবু
করি করম্না ফংবগে ?
কৌনিংবা মীদা কৌবা য়াবরা ?
ওইনিংবা মীনা ওইবা য়াবরা ?
লুপা মশীং থিঙমদা লৈববু
ইনাকখুনবা কৌবরা ?
লন-থুম মাল – চাং
হিমালয় চীংগুম রাংনা পৈঙম্বা
মীবু ইনাকখুনবা কৌবরা ?
অরাংবা থাক্কী লাইরিক হৈরবা
মীবু ইনাকখুনবা কৌবরা ?
কলা বিদ্যাদা হৈরবা অফাওবা মীবু
ইনাকখুনবা কৌবরা ?
লানফমদা থরায় পাম্মদবা
য়েক্লালিশিং হাৎপা ঙম্বা
থৌনা ফবা মীবু
ইনাকখুনবা কৌরোয়দ্রা ?
মিংথোল নংবু কৈদনো
মচা মশু মরা মতা মকুপ মপাং
য়াম্না লৈবা মীবু
ইনাক খুনবা কৌরোইদরা ?
মিংথোল নঙবু কৈদনো
Mount Everest তা উন্না কুপ্পনা লৈবরা ?
সমুদ্রা ইরোলম্বংদা লোত্তুনা থম্বরা
তমথিরবা কৈ নোংশাগী খয়াত্তা লোৎপরা
মী চংদবা গুরবা জঙ্গলদা
ফুমহ্নুনা থম্বরা

শোংলবা কিনরবা লোম্মুংদা
লোক্তুনা লৈবরা
বর্ম্মদা ত্রাইয়েঙ্গলদা লোংপরা
নহাকপু থিবদা ফংবা লৈত্তরে
ফংগে খন্না তানবদা
হেক্তা ফংবা ঙম্বরা
নংনা কোয়চেল চেনবরা
ফংনিংদবা মীবুস্থু নংনা মতুং ইনবরা
ফংবা কৌবা মলৈত্রবদা
নংনা মৈরি ওইহুনা
পুন্সিসিনা মৈরানবী ওইগদৌরে।
হিংসাগী রাখল থাদোক্তুনা
ঐগী মীগী থন্দবা
মশাগী ওইজবা থিদবা
মতম খুদিং মীপুম খুদিংদা
অচুম্বা লম্বী উৎলিবা
অহিংসাগী পাউতাক পীরিবা
হিংবগী মমল লৈহল্লীবা
তোল্ল- তারবশিংবু য়োকখংপীরিবা
গান্ধীগুম্বা মখোয়সে
অশেংবা ইনাকখুনবা নত্তবরা ?
পুন্সিগী অরোল-অথুপ থংলবা
ময়াগী সংসার থাদোক্লবা
অচুম্বা লম্বীদা চংলিবা
সাধু সন্যাসি মহাপুরুসশিং-
চৈতন্য বিবেকানন্দ রাম কৃষ্ণ
মহম্মদ জিস্থুনচিংবস্থু
অশেংবা ইনাকখুনবা কৌরোইদরা ?

---

# লমগী চেক্লা অমদা

অতিয়াদা ননিংতম্মা পাইরিবী
হো লমগী চেক্লা মুংশিবী
ঐদি পোক্লুবনা মীওইপোক্তা
কল্লকইদো ফংলরোইদবা নপোক্কো।

নখোয়দি থংইদো প্রকৃতিগী
মুংশিবা ফজবা অরোন-অথুপশিং
খঙদ্রবনি তাইবং মীওইবদি
মাংহলবতনি মখোয়দি প্রকৃতিবু।

কল্লক য়েংথি লৈতনা
অপাম মীহৌ য়াওদনা
মীনাক মৈশা ফংদনা
জাৎ-বিজাৎ ধর্ম্ম লাইনিং খায়দনা
মুংশিনা লৈমিন্নৈ চামিন্নৈ নখোয়দি;
ঐগী মীগী লমখৈ নাইদনা
য়োনিংবা মকমবু য়োইদো
লৈনিংবা ওইনিংবা মফম্ব ফংইদো;
অদুবু কদাই মীওইবগীদি
খৎনরি লাউনরি হাৎনরি
চিঙ্গাকী লমখৈগী ইজংকী ধর্ম্মগী।

"নখোয়গীমুক মুংঙাইবা ননিংতম্বা পুন্সি
লৈরিবরা সংসারসিদা কনাগী কদাইদা" ?

খংজরে ও মরুপ
নংনা শাখপ য়াংনা খপ
পাইগে খনবা মাইগে হোংখিবদি
মীনম্বা তাইবংনি খন্দুম্বো
নাপল মযাই কাহুনা
খুম্নিংদ্রে নহাক্তী রাহুংসে;
অহুবু খুম্নিংত্রবসু খুম্নম্মু
তোল্লবা মীওইপোক্কি খন্না।

অহুগনে চেক্লা ও
মথং মপোক লাংঙোলদা
নংগী সংসারদা পোকচগে
চেক্লাই পুন্সিবু ফংজগেকো।

— × —

# মীয়ামশিংগী মরক্তা

মফম খুদিংগী মীয়াম ভাক্তা
সিনেমা হোলদা কৈথেলদা লম্বীদা
হোস্পিতালদা ওফিসশিংদা ইমপ্লোইমেন একচেঞ্জদা
লৌবুক্তা মীয়াম ভাক্তা
মুমিদাংবাই কবুই খুলদসু মীয়াম;
খল্লুই মীশিং য়ামদ্রবোই লৈবাকসে
য়ানিংদে থম্মোইনা মীয়ামশিং উবদা;
মফম মতম খাযদে লমশিদা
অপাম্বা থবক তৌবদা;
ফিজেৎ চংনবি চিঞ্জাক হিংবগী থাক
লাইরিক লাইশু লোনচৎ শাজৎ রাঙাং
মীত্তৌ তংদসু চাওখৎলে;
লৈত্রবোই নীংলুই লৈবাকশিদা অরাৎপা
অতুবু লৈরম্মি অবা।। অমদি —
"মীয়ামশিংশিগী মবক্তা ইমাবু মুংশিবা
মীয়াম অমা নত্রগা মীওই অমা"
লৈফম থোকই শোইদনা লৈবমগনি
মখোয় নত্রগা মহাক হুরানবগী লমশিদা
কংথোকপা ভস্তান মখোয়দি মহাক্তি
মথৎইদো মপুন্সিদো মরমচানা ইমাগীদমক
অতুবু লোৎখ্রমাল্লে ভসিদি
কিরমাল্লে মরমচাদনা শিবদো
অপংবা হুরালবা মখোয়গুম;

হুরালগনি মখোয়না ইমাগী লনশিং
তৌশিন্নগনি ইমাগী সেবা তৌনিংদনা
ফোংনা কপশিন্নগনি ইমাগীদমক
মীশিং হেনবনা জয় ওইখিনি মখোয়গী
দন্দি পীগনি অচুম্বা পামবশিংবু
অঙ্গনা লোংঙ্রে থোনা ফবা
মমা নিংবা অচুম্বা পামজবা মখোয়দো মহাক্তো।

---

## লৈরাং অপাংবী

মোমোল নোঙ্গম্বি লৈরাং নংনা
মালং শাহুম ফংরদা
অরা - মায়থোং উত্তনা
করিগী তুমিল কপ্লিবা ?

চিরোল হৈবা কনাগী
ওইদ রাহৈ কয়াদা
আশাগী মঙলান মংলুরে
পীরোইরলা পুন্সিদো ?

মীনোক চাউবা তাইবংনি
কল্লবা মতমগী ঈরৈদা
ঈরারুনি লৈরাং চেকশিন্নু
অপাইবা লৈচিলম্থু য়েংলুম্থু।

— × — × —

# ঐ ওাক্তনি

খঙবিরিবনি লমশিগী মীয়াম্না
লমশিগী ফিলমগী জগন্ত্রা
মমিং লৈরবা হৈশিংলবা
কারবার ব্বালানি ঐসে।
ব্বারী ইবস্থ ঐ
দাইলোগস্থ ঐ
ঈশৈ ময়েক ইবস্থ ঐ
ঈশৈ স্থর পালবস্থ ঐ
যন্ত্র খোংবস্থ ঐ
কেমেরামেনস্থ ঐ
কেমেরাস্থ ঐগী
ফিল্ম দাইরেক্তরস্থ ঐ
ফিলম প্রথোকপস্থ ঐ
মেকপস্থ ঐ
লাইট পাম্নবস্থ ঐ
স্ক্রিন শাম্নবস্থ ঐ
সিনরি শেম - শাবস্থ ঐ
বেকগ্রাউন্দ সিঙ্গরস্থ ঐ
রেকোর্দিং স্তুদিওস্থ ঐগী
রেকোর্দিং ইঞ্জিনিয়ারস্থ ঐ
ফিলম দিভিলপ তৌবস্থ ঐনা
দিভিলপিং স্তুদিওস্থ ঐগী
ফিলম ইদিতিং তৌবস্থ ঐনা
ইদিতিং সেন্টরস্থ ঐগী

হেরোস্ত ঐ
হেরোইনসু ঐ
ভিল্লেনসু ঐ
মমা - মপা শাবসু ঐ
তেংবাংবা হেরোস্ত ঐ
তেংবাংবি হেরোইনস্ত ঐ
ফিলম সেন্সর তৌবসু ঐনা
ফিলম কাপ্পবা মেচিন ওপেরেতরসু ঐ
ভাবকসু ঐ ইথন্তনি
ফংলকপা শেন্দোংসু ঐতগীনি
ফিলম ফেস্তিভেলদা উৎপদা
জুরিগী মেম্বরসু ঐ
ফংলকপা মনাসু ঐতগী
ঐগী ঐ ঙাক্তনি।

লমদমশিগী মীয়ামদি তিল - কাঙনি
মখোয়দি তুমিলনা লৈথদবনি
ঐনা তৌবদা যাগদবনি
অর্থ খঙলোই ঐগী কারবার।

ও! পঙইদকো ঐখোয়সে
করিমত্তা ফোংদোকপা ঙমদ্রে
মানা তৌবত্তা যাখিসিরা
কয়াম কুইনা যাখিনি
পোদ্রে লৈবাক লৈঙাক্লোনসে
মহাক মথন্তগী ওইরেদো
ঐখোয় পুন্নমক মাঙলেদো।

---

# অঙাওবা

মোংলবা ফিজেং ফিগায়না লৈতেংবা
মীমান্নব্রবা ব্বাবু ভাং শক্লিবা
মীমান্নব্রবা মিংয়েং য়েংলিবা
মীমান্নব্রবা লম্বীদা চংলিবা
মীমান্নব্রবা থোওং পাম্লিবা
মীমান্নব্রনা মওংদা তুম্লি চাম্লিবা
হো শকথংদবা নহাকপু
মীনদি হায়নৈ অঙাওবা
ঐদি হায়নিংই অশিংবনি
সংসারসিগী খ্বাইদগী শিংবা মীনী।

নহাকপু ভাওরে হায়রিবা মখোয়দি
কল্লক-মীহৌগী লাংদা থুরবনি
পেঙ্গবা ফংদ্রবনি শান্তি লৈত্রবনি
মখোয়গী পাপকী পুক্লিংদো;
মখোয়দি মপা মচা মচিন মনাও
মরুপ মপাং থিনদে
জাৎ বিজাৎ খায়নৈ
ঐগী মীগী মাগী রাখল চেল্লিদো
হাৎনৈ খৎনৈ লমখৈগী চিঙ্গাক্কী
লন থুমগী ইজ্জৎকী
অমুকস্থ কম্মী অমুকস্থ নোকই;
অহুবু নহাক্তি কদাই
মখোয়গী পুকচেল চেন্দে
মখোয়গী রাখল খুন্দে

ফংলগা চায় ফংদ্রগা তোকই
অফংবা খরছুনা পেন্থোকচৈ
মীপোৎ মীহৌদে ছুন্নান্দে
নোংজু মুংশা ইকং ইচাও চাক্তাংবগী
করিস্থ রাখিজে নংদি
নীংবা কায়বগীস্থ কপ্তে
নীংবা থুংবগীস্থ নোক্তে নংদি
মফম খুদিং নংগীনি
মীওইবা জীবনা কিনরিবা
নিউক্লিয়ারগী শক্তিস্থ কিরম্লোই নংদি
কনবা ওমত্রবা লাইনাশিংগীস্থ থল্লম্লোই
বিজ্ঞানিকশিংনা পুথোক্লিবা
হিদাকশিং থুলাইশিংগী মুংঙাইবা
নহাক্তি করিস্থ মীহৌরম্লোই
সংসারগী অরা-মুংঙাই থাদোক্লিবা
মনিং তম্নবা পাপ চেন্দ্রবা মীওইনি নহাক্তি;
মখোয়না নখোয়বু চৈবগুম লাউবগুম
নখোয়নস্থ মখোয়বু চৈরি লাউখোংলি
মখোয়না অচুম্বা শক্লপা
নখোয়না হৌনা নোক্লি।

"অহুবুনে হো মরুপ শকখংদবা ও
নংগী জোরিৎ নাইদবা
মফম মতম থায়দবা
রাঙাং থৌওং লমচৎকীদমক
মীনা নংবু অঙাওবনি হায়নবনি।

— × —

# ঙাগী পুখ্রি

চাউরবা পুখ্রি অমদা
য়োক্লম্মী মখল খুদিংগী ঙাশিং
চানিং, চংনিং, মনিংতম
হরাও - মথোই কানদুনা
শিগনি রাখল থাদোক্ল
মুংঙাইনা হিংনৈ ঙাশিংদো।

শা - ঙাগী রাখল হায়বদুনি
মতম খরগী তুংদদি
মপুগীনি হায়বা কাউখরে
মফমগী চিঙ্গাকী ইজংকী
নাপল কানৈ মীচং খোমৈ
খংনৈ চৈনৈ হাংনৈ
"ঐনা হেল্লি চাউবা
ঐনা হেল্লি শাংবা
ঐনা হেল্লি কনবা
ঐনা হেল্লি খুংকন - পাঙ্গলবা
ঐনা হেল্লি হাওবা
ঐনা হেল্লি মীনা পান্নবা"
হায়নদুনতা লৈখরে ঙাশিংসু।

বিজ্ঞালনা চাউখৎপদগী পুথোক্লকপা
চাথোক হেনগৎনবা হিদাকশিং
লবুক্কী নাপী হাৎনবা হিদাকশিংনা

ঈশিংগী পোলুসন খোকহন্দুনা তৌবরা
নত্রগা
লাইগী করম্বা দন্দিনো
কনবা ঙমত্রবা লায়না কয়া
ম্মৌরক্লে পুখ্রিগী ঈশিংদা
মহীক পক্লবা ঙাশিংহু
নোংমগী অস্থম শিজিল্লক্লে
মপুনা খরা ফাখি
হুরালবনা খরা হুখি
মখোয় মশেল খয়া হাত্তোক্ল
অমত্তা লৈহৌদরে পুখ্রি মন্নুংদা
মুংখ্রে ঙাগী রারী পুখ্রিহুদগী।

অসিনি মীওইবগী পুন্সি
করিব্ খেৎনরিবগে ঙাগী পুন্সিগা।

— × —

# মৈতৈ হিনাউ

মতমগী ঈচেলদা হোম্বহি
মৈতৈ হিনাউ অমখক
কৈনা য়ুংনা লুপংফেং চেপতক ;
হিরোই খরনা পৈনা হোল্লি
খরনা য়ুংনা হোল্লি
খরনা চুম্না হোল্লি
লিংজেল মাম্বদে হিরোইশিংহু
চুম্না চেহবা ঙমদরে হিনাউহু
য়াবনা তপ তারে হিরোইশিংহু ।

লাক্লবদা মীরাগী নোংলৈ
চুরক্লবদা কল্লকপগী নোংজু
মমশিল্লক্লবদা অভিয়া নীংহল্লবগী মৈখুনা
ককঙাওনরে হিরোইশিংহু
মীপাইনরে লম্মক্লরদরা
থল্লক্রে ঈরাক্লরদরা ঈয়াইদা ।

তোর্ব্বালদা নীংঙাইদনা ফম্লিবা
নোক্লচাউবা কল্লকচাউবা মীতম্বালহনা
অরোইবা খোঙ্গেলদা লাউরকই —
"অতৈ হিরোইশিং য়োনখিবা কুইরে
চংলুরম্মু মতম মাঙনবনি
হিথাংফমসু পীক থনখরে
নখোয়গী হিথাংফম লৈতরে

মতমস্থু মমশিল্লুক্রবনা
তোর্ব্বালদা কারক্ত্রনা পোথর্ক্কাও ঐগুম
লমথুক্ষম যৌবা নতিক নস্তে'',
খোঙ্জলদু তাবদা
আশাগী নৌবু পাম্নরিবা
হিমাই চুম্বা ম্নুপাদুনা লাউরকই —
''তারুম্মু তোর্ব্বালদা ক্ষম্বা
লমজেল য়াওদবা ইকাইবা খঙদবা
মীতম্বালগী নোক্নবা
রাখল থৌনা লিংজেল পান্দম
অমথক্তা ওইনা হোলশি
থাদোক্রুশি অরিবা হিহোল
মতমগী হি হাল হোল্লবদি
করিগী যৌদনি পম্বুংক্ষম
অতৈ হিবোইশিংনা চম্লগা
ঐখোযদি করিগী ভয়োইদগে
ঐখোযগী করিস্থু রাক্ত
লমথাবা মখোযনা হানখিবনা
পম্বুংক্ষম হান্না য়োজবনি।
ঐখোযস্থু শোযদনা যৌগনি''।

অস্নম্না লেপ্তনা হোস্থরি
মতমগী ঈচেল্লদা মৈতৈ হিনাউ
যৌনিংবা মতমদা যৌসন্নু মতাগুম
নীংহৃম্নবা লৈতনা হিম্নোইশিংহু।

— x —

# লাইরেম্বী অনি

লমদমসিদা মতম অমদা
সুংশি চান্ননা লৈমিন্নরম্বা
লায়রেম্বী অনি তোয়না খৎনর্মক্লে
লাইরেম্বী অনিহদি—
সঙ্কারগী স্কুল লাইরেম্বী A
লমাই ইংলিসগী স্কুল লাইরেম্বী B নি।

ফাইবেল লমদা য়োৗরকপদা
লাইরেম্বী Bদি পোংজরে
লাইরেম্বী Aদি সুংনাংবা হৌরে
ইডা ইঙেন যৌরকপদা
লাইরেম্বী Bদি হেন্নচুম নাপল কাজরে
লাইরেম্বী Aদি ইশুক শুকথরে।

নোংমা ছাত্রশিংগী মীফম অমদা
লাইরেম্বী অনিথু ব্রা ঙাংহল্লি:
লাইরেম্বী Bনা হায়রকই—
"লাইরেম্বী Aদি কান্নদরে লমসিদ
ছাত্রগী মশুন ফজনবা ঙমদরে
ক্লাস টেনগী চহি পরিক্ষাদা
ঐগী ছাত্রশিংনা মখোকশিং ওইরে
1st ডিভিজন অমদি পাসকী চাংদা
ঐগী মতৌ তম্বা ঙমদবে
চাবা তিংনবনি থমদ্রবসু য়ারে লমসিদা

চহি খুদিংগী ঐগীদি
ছাত্র মশিং হেনগৎলকই
মাগীদি অসুম হন্থরকই
মফম খুদিংদা মীয়াম্না ঐবু
ইকাই খুম্নে কিনা খনে
ফাইরেল লমদা য়োরগা
নংহোৎরোই মন্তাঙুম চেনশিন্নকই ইকাক্তা
ঐগী থোঙাজল লিজরি ;
মহ তাবদা লাইব্রেরী Aনা
শাউনা ফুক হোৎনতুনা থাউথুম্নকই—
"নংগীদা লৈবা ওজাশিংদি
মতিক চাত্রবা মেরিৎ লৈতবা ভাক্তুনি
থবক ফংদবগী মতম লেনবনি নঙোন্দা
সরকারগী থবক ফংলগা নংবু থাজোক্লম্মী
কাগী হুকান ফম্বী মাই মানবি
মীকৌ ফবী মৌ নহানি নংদি
থবক্কী পরিক্ষাদা মাই পাক্লবা মীশিংবু
সরকারনা তলব চাউনা পীতুনা
ঐগী থোগল তৌহল্লি" ;
লাইব্রেরী Bনা অমুক হায়–
"অহু ওইরবদি নংগী ছাত্রদগী
ঐগী ছাত্রনা নম্বর হেম্না ফংবদি করিগীনো" ?
লাইব্রেরী Aনা খুমকই—
"নংগী ওজাশিংদি মপুনা চাম্নবা
ছাত্রশিংবু চাং নাইনা লাইরিক তম্বী
ক্রুতিল বার্ক তৌহনবনি

তাকপা হৈতে তাকপগী থাক নেন্মী
মতুগী প্রমাশ্দি হায়বিগে তাও—
নংগী স্কুলগী ছাত্রশিংদু
ঐগী ওজাশিংদা tuition তম্মী
Tuition তম্বা ওমদবা ছাত্রশিংদি
ঐগী ছাত্রশিংগা মান্নৈ
ঐগী ছাত্রশিংনা হেনবসু য়াওই'';
লাইরেম্বী Bনা খুম্লকই—
''নংগী ছাত্রদি লাইরবা ওাক্তনি
ফজবা ফিস্থ শেত্তে, মশা নান্দে তাই পুন্দে
ইংলিস ওাংদে
ফজবা খোংউপ তোংদে
থাগী ফি লু: ৫০/১০০ পীবা ওমদে
ঐগী ছাত্রশিংদি শেঞ্জাও পায়বা
সরকারগী থবক তৌবশিংগী মচাশিংনি
নংগী ওজাশিংগী মচাশিংনা অয়াম্বনি
নংগী ওজানা ফবা হেল্লগা
করিগী ঐঙোন্দা লাকহল্লিবা
নংগী ছাত্রশিংদি গাড়ীদা পুৰিদে
ঐগীদি লক্ষ্কী অচা অথকা লোয়নবা
মমা মপানা হক্ষং হন্দা
গাড়ীদা পৈশা তিংনা থিনবিদো
ঐগী ছাত্রশিংদী বোই কলম লাইরিক রাত্তে
নংগীদি অরাৎপগী অৱাৎপা ওাক্তনি
লাইরবশিংগী অপাংবশিংগী তুংনক্নি'';

মহু তাবদা লাইরেম্বী Aনা লাওরকই—
"নংগী ছাত্রশিংগী মমা মপাদি
মীতৌ তম্মিংবা ফগনা অফবা ওইনিংবা
লৈখোম তৈবা ইরুজদবা হকচাংদা
ফজবা ফিবু শেংনা
মশা নানবা শাবা মীশিংনি
নংগী নবুক থাকপদা মখোয়দি
থাগী শেংথোক তলব কোমদতুনা
মীতোন্দগী শেল পুত্না
ইজৎ লৈবা শাবা ইকায়দবশিংনি
ঐগী ছাত্রশিংদি ফিজেৎকী অরাবা
পৈশাগী অরাবা মমা মপাদা পীদে
ঐদি সরকারনা পুক থম্না পীজেদো
লাইরেম্বী B নও লাকপদগী
লমশিগী মীওই খুদিং
লাইর লমজেল তাম্নরে
নওদি প্রজাগী ঈ চুপ্পি হিংচাবিনি
হোৎনবগী চাং মাম্নরবদি
ঐগীদা তম্নবসু অতুম মাম্নগনি
নওগী ছাত্রশিংনা মার্ক রাংলক্লবদা
পাসকী চাং হন্থরব্রবদা
মীনা পাম্বিরম্নোই চারা হেল্লনি খনবদৈ
অহিং কয়া কপ্পদো
ঐদি য়েংবা ঙমদেদো
ঐগীদি করিম্নু রানিংঙাই লৈতে";

মসি তাঙদা
লাইব্রেরী B না মখোল নীঙ্গা হায়রকই—
"নঙগী ছাত্রদি ইংলিস ফজনা
ইবা লোনবা উমদেদো
ঐগী ছাত্রশিংদি ঙম্মীদো";
লাইব্রেরী A না নোক্লদুনা থল্লকই—
"ইংলিস ইবা ঙাঙবা ঙল্লগা
লাইরিক হৈবা মীনি হায়রবদি
ব্রিটেনগী মীশিংদি পৃথীবিদা
খ্বাইদগী লাইরিক হৈবা মীশিংনি হায়রগন্রা
মখোয়দি লাইরিক তমগ্রবস্থ য়ারেনে"।

অসুম্না চহি চুপ্পা লমসিদা
চিন্দা পাউদানা খৎনচুনতা লৈরে
মহৈগী লাইব্রেরী অনিসে
ক্রক ক্রক য়েংশিন্নরি মখোয়সে।

লাইব্রেরী অনিমগী খৎবতুদা
মীপাইনরবা ছাত্রশিংনা খামজিল্লি
অসুম্না হায়জে মখোয়না
পুম্নমক হোৎনবগী মথা পোল্লি
মমা মপাগী ছাত্রগী দায়ত্তনি
স্কুলগী ওজাগীদি লমজিং পীবনি
চাং নাইনা থকসি খাসি লৈনা
দল্দিগী মওংদা অচেৎপা ব্রাখলগা লোয়ননা
লমজিং পীদুনা পুক্লিং চংনা মহৈ, তম্বিরবদি

মথল অনিমকী ছাত্রশিং চপ মাম্নগনি
লাইব্রেরী অনিনা খংনবগী মরম্নদি
মমা মপা ওজা ছাত্রনা থোক্নহনবনি";
ছাত্রশিংগী বাসি তারদা
খংনরম্বী লাইব্রেরী অনিহ
তুমিল্ল তুম্বিল লৈনখরে
ময়ুম ময়ুমদা হুন্নখরে।

## অক্নবা মী

কনাবু অকবা মী কৌনবগে ?
কদাইদা লৈবগে মহাক্তো ?
কনাই মচা-মশুনো ?
শকথঙননিংঙীদা লাইবক ফবা মহাকা।

মীগী য়াইফনবতা খনজবা
মীগী ফনবতা থবক তৌবা
অচুম্বা রাতং ঙাঙলিবা
অচুম্বা থবক্তং তৌরিবা
মশাগী খন্নবা মীহুম্না ?
মীগী থবক থৌরমদা য়েক্তবা
পুকচেল ফবা মহাকম্না ?

মীংথোল মাবু পাম্বদগী
কত্রবা পুকচেল লোত্তনা
চীন্দনা অকবা রাতা ঙাঙবা
মীগী কনবা খনবা শাজবা
পুক্নংদদি মীবু মাঙহননিংবা

মশাগী ওইজবতা খল্লিবা মীহু
অফবা মীনি হায়গদবা ?
পুন্সি মীকুপ খুদিংল্লা
অব্রাবা কয়া নোক্লা লাপ্লেংনা
মীওইবা জাতিগী ফনবতা তৌবা
তুংগী মীমোলগী ফনবতা থনজবা
মশাগী ওইজবা থল্লবা
য়েক্ল তিংখং লৈতবা
পুকচেল তিংবা মহাক্কো
তাশেংনমক অফবা মীরা ?
পুকচেল চাওবা নহাকপু
লোৎলমু থোরক্লো
নঙবু উজনিংনা খিবদা
পুন্সি লঙ্গী লমশাংসে
তেম্রবা খোঙকাপ অমগুম্নে;
নহাকপু উজবা মীবুপ্তা
নহাকপু থেংনবা মফমদা
নখোঙ শোক্লা খুরুমজগে
পুন্সি চুপ্পা নঙগী মীনাই ওইজগে
থম্মোইমুংদা চেন্বা লাংচগে নঙগী শকলম
মহুতদা পেনজবনি খোরাংলবা থম্মোইসে
তগৎ তগৎ তেখৎচরনি চোকথকলবা হকচাংসে
থম্মোইমুংদা শান্তিবু লোৎলিবা
মীংথোলসিবু পায়রিবা মুপা ও !
লম্বী লমথাং চৎপদা ননিংনি
অকি অখং লৈতেদো।

চাবা থকপা তুম্বা মপুংফায়দো
মফম খুদিং নঙগীনি
থেংনবা মীপুম খুদিং নঙগীনি
অফবা পাউ খুদিং নঙগীনি
অমম অঙান থেনদে নঙোন্দা
থম্মোইম্নুংদা শীংনবগী রাখল লৈত্তেদো
অয়ানবা মীশিংগীস্থু চঙজফমনি
থোঙথাং খুদিং স্বর্গগী লৈমাইদনি
নথম্মোইম্নুংদগী চেম্বরকপা রাখলগী ইচেলদি
স্বর্গলোকী ঈচেলগুম্বনি ইংখদা পুবদা
মহাপাপী কয়াগী থম্মোইবু শেংদোকপিদো
নঙগী থম্মোই লৈকোলদি
স্বর্গগী নন্দন কানলদগীস্থু হেল্লিদো
পুন্সি লম্বীদা লম্মাংনকুয়বা মীওইশিংদা
ধ্রুবতারনিদো নঙদি।

লুপা কয়া তিংহনস্থ
ইয়ল কযাগা খুৎশিন্নহনস্থ
মতম কয়া মাঙহনস্থ
মীংথোল নঙবু ফংবা ওমন্নেদো।

থঙজরে ঐদি লোন্না
"মীংথোল নঙগী লৈফমদি
লাইনা থাবা মীদনি"।

— x — x —

# শানৌ নংবু লাক্লো চৎলসি

শানৌ নংবু লাক্লো চৎলসি
কল্লকপা য়াম্মী কঙ্গাওবা য়াম্মী
মাংদা থারো চৎসি লাউ
পুমওন ওল্লে লৈবাকসে
মপু পান্দ্রবা ইংখোলগুম্মে
মীহাৎপুং ওল্লে মনিগী লমদমসে
হিংবা লুম্নে কিরে লমদমসে
করি মতৌনো পেল্লে য়েংহৈদরে
শগোলনা লৌবু চারগা
চেনবা ঙমদ্রবী হৈরোয়বু
মনম তৎনবা ফুবিরে
থিংঙেলদা তাইনদ্রগা নাশিখোংদা তাইনবিরে
মীচম প্রজা মীপাইনরে
লৈক্রক অহোবদা চংহুনা লোৎনিংলে;
সিফাইনা পাল্লে লমদমসে
নোংমৈ মনুংদা হিংলে ঐখোয়
মাংথরে ডেমোক্রেসিগী ফিদম
ফানিংবা মীবু ফারে
ফুনিংবা মীবু ফুরে
হাৎনিংবা মীবু হাৎপীরে
রাকৎফম লৈতরে বিচারপতি শিগ্রে
অশোনবনা অরানবা ওইরে
অকনবনা অচুম্বা শক্লে

অকনবা শাক্তা শায়রবা লমসিদকী
শোল্লবা ঐখোয় চেলহৌরসি কৈদনো
ইচা-ইশু পুন্থনা থুনমক
তোল্লবা থবায়শিংসে হিংনবা
শানৌ নংবু লাক্লো চৎলসি।
হুমাংমল্লা তাঞ্জবা ইরলস্থু
মুন্দুনা লৌবিগে হায়রক্লে
মুপীগী ইজৎ সনমাল খোঙ্গোইবিরে
কনবিনবা লৈতরে কনাস্থু;
লল-থুমগী লমথৈগী পুক্কী
মপা-মচা মচিল-মনাও হাৎনরে;
জাতি অমগা জাতি অমগস্থু
শক্তিগী লমথৈগী লাম্থেংনরি
জাতি খরনা মহাভারতকী শুকনিগুম্লে
মীচম কয়া
কৌরব-পান্ডবক্তুম মৈরানবী ওইনরে;
ঐগী হায়বনা মকলবনা
মাগী মাগীতা য়েংনহনা
মীস্থুংশি লৈনদম্লে মালেমসিদা
শান্তি মাংখরে মলেমসিদগী
মীহাৎপুং ওল্লে মলেমসে।
চেচেনগী রাথোক বোসনিয়াগী মীহাৎ
ইজরেল পালেস্তাইলগী রারী
তাইবানগী পুন্সিদা চিনাগী মীয়েং
লঙ্কাদা তামিল অমস্থুং সিনহালিজগী মরী

আফ্রিকাদা শক্তিগী লান্থেং
কোরিয়ান পেনিনস্যুলাদা জাপানগী মীয়েং
ইরান ইরাক কুরেতকী মরী
ভারত পাকিস্থানগী শান্তীগী মরী
য়েংউ খল্লু কিদরা পুন্সিসে।
অমুক্তংগী মপোকসে চান্মরক্কীগুম খল্লরে
শানৌ নংবু লাক্লো চৎলসি
থাদোক্লিংদে নংবুদি কৈদৌন্নুংদা
ঐনা নংবু থাদোক্লমবদি
মালেমসিদা নংসে বলিগী শা ওইগ্রনি
ইচাশিংস্থ মপী শেংনরবি য়েম্নাওগুম
কোয়চেন চেন্দন্না উগাইবী মরক্তা
রানা পুন্সি লেলহৌবা পামদেদো
নখোয়গী ভাকপী শেনবিনবদি ঐতনি
ঐ য়াওদ্রবদি নোরোকন্নমনি মালেমসে নখোয়দাঃ
নিউক্লিয়ারগী শক্তিদা মালেমসে তুমদ্রিঙৈ
মচা কায়নববী মমা কয়াগী
মপুরোইনা কায়নরবী লুথ্রা কয়াগী
চাক্লবা থম্মোয়দগী চেন্থরকপা শীরাংনা
মালেমদা ঈচাও থোক্তন্না জীবশিং মাংদ্রিঙৈ
মালেমগী অমোয়বা শকুম লাক্কিঙৈ
হিংচাবা হিংচাবী ময়ানসে হুন্দোক্লম
নোরোকন্নবা মালেমসে থাদোক্লম
চংহৌরসি অক্তোপ্পা গ্রহ অমদা
খুন্দাকুরসি মফমদুদা ঐথোয়তং

শেম্ম্রসি অনৌবা সংসার অমা
শাগৎলুরসি শান্তিগী লৈবাক অমা
শানৌ নংবু লাক্লো চৎলসি
কল্লকপা য়াম্মী কঞ্জাওবা য়াম্মী
মাংদা থারু চৎসি লাউ"।

## তাইওম্মরবা তাইবংসিদা

পুন্সি শগোল তোংহুনা
আশাগী মৈরা পায়হুনা
থৌনাগী চুপ্লি চেৎনা পায়হুনা
তাইবং লম্বীদা লাকপদি
অঙকপা ঙাক্না থেংনয়ে
তলবু তল্লে তাইবংসে।

তৈরম্মে মচুদি থৌগৎলে পুক্লিংদি
অচুম্বনি লাউজরুই অরানবতা ওইরম্মে
ঐগীনি থম্না পাযজরুই
মীগীনি হায়না মুনবিথয়ে
মথক্তা কাজরুই মথাদা লৈরম্মী
অঙৌবা থিজকই অমুবতা থেংনৈ
হিংনিংই হায়রুই শিরো হায়রকই
পাপ ওইয়ে পুন্যদি তাইবংশিদা
ফিদমদি লৈত্রে নাপলনা ফিদম্নি
মীত্তাংবনা ঋাঙনা চেল্লগা

খোঙতেকপনা লমজেল খোইথরে
য়েম্নিং হন্দ্রবা উপালদা
লৈথল শুনা লৈশাৎ তম্লক্লে
অঙৌবা লৈরাং পান্থীদা
অঙাংবা লৈমাং শাৎলক্লে
উহৈ পালবা উপালনা
মরু লুক্লা তেকথরে
অচুম্বদি লৈমুংদা চঙথরে
হৈবোং মমুংগী তুমিৎনা
রায়েল বিচার পায়রম্মে
উগী মুত্তিগুম লোম্থোক্তরে ঐদি
মিত্তাংলে ঐ উনা উনা
অঙাওবা ওইরে জ্ঞান্দি তাজরি
না পঙলে ঐদি তানা তানা
লোম্থোক্তরে ঐদি রাদি ঙাঙজরি।

ইল্লদরা ঐবু পামদনা চৎনবিসে
হিংনবা পুল্সিসে ঙসিগী তাইবংদা
খনফমদি খঙত্রে করিদি তৌরুনি।

— x —

# সাহিত্যগী কৈথেল

কিগম্নু চৎলু পরপ পবপ
থেঙখরে মতমসে
ফাওদুনা চৎলু অশোঙবা জঙ্গল
লাম্হোকউ অকৎবা লোকচপ লোকমাই
কাম্হোকউ কল্লক য়েংথিগী শম্বল
নেৎখায়রম্মু নোক্নবগী তিনফা কাকফে
কিরুম্নু জঙ্গলগী শাশিং।

জাতি কয়াগী সাহিত্য নাচোমশিং
য়োনখরে ঙাললখরে মীনা উনখরে
মালেমগী সাহিত্যগী কৈথেলদা;
লৈনম লৈশক - লৈচু মখোয়গীনা হেন্দ
থেঙলবস্থু থেঙনা য়োদদি য়োইহল্লশি
কৈথেল য়োরবদা উকবশিংগী থম্মোই তথরকনি
হংনরকনি "কদায়দগী লৈরাং নাচোমশিংনো
মপু কনাগী লৈকোলদা শাৎপনো" ?

লৈনম কাবদা মীপুম খুদিং ঙাওননি
কৈথেল পুমকায় কায়গনি
মাইগৈ খঙদা চেনশিন্নরক্কনি
য়েংনরক্কনি খিনরক্কনি মৈতৈ লৈরাং
লোনিংবা মমল পীদুনা লৈগে হায়নরকনি
খ্বাইদগী মমল ৱাংবা লৈরাং ওইগনি
হায়নগনি মীশিংনা "থাজদনা লৈরম্মীদা

লৈরাং লৈরেল থাজদবা চীংলৈবাক্তা"
য়োনগদবা নত্তে মতমহৃদা
চাউথোক্তদবনি লেন্নগদবনি মীমাংদা ঐখোয়;
অহবু কৈথেল খঙ্গা ছালগ্রবদি
মীপুম খুদিং ময়ুমদা হনগ্রবদা
য়েংবিনবা লৈত লৈবিনবা য়াওদ
পক্তনা পুমহুনা মাঙথিনি লৈরাং
চৎলু চৎলু থিস্থরন্থ মতম
পোখ্রাবগী মফম মতম নত্তে
নথস্ত পুবা রারবস্থ কিরবস্থ
কৌথোকউ ময়ুমদা তুমহনা লৈরিবা
নরোই নপিক্তা ময়ামহু
পুমিয়ৌ থল্লবা য়েন্দাইহু
মখল খুদিংগী মৈতৈ লৈরাং নাচোম্না।

চীংলম্বীস্থ অনৌবা নত্তে
শিবা কিদনা অরাবা খঙদনা
শেম্নবনি কৈথেল য়োনবা লম্বী
হায়া চৎগ্রবনি ঐখোয়গী লময়ানবশিং—
চাউবা অঙাংহল কমল মীনকেতন
শীতলজিৎ দরেন্দ্রজিৎ নবদ্বীপচন্দ্র নীলকান্ত
সুমরেন্দ্র রজনিকান্ত গীতচন্দ্র ইবোপিশক
বিরেল থোইবি বিনোদিনিনচিংবনা।

করিগী সুংগুক — সুংজানরিবনো
হো লৈবু থিরিবা অথৌবা ও!
পীরুবা চীংগী লৈকোলসিদা

লৈরাং মরাং কায়দে খনবরা
থিদ থিয়ু থরায় য়াওনা
মতম লেন্নবা থিজিন্নবা তৌগনু
কুম্বি - কালেন নাইদনা
মফম খুদিং শাৎপনি
হেক্লিংবা মতমদা ফংবনি
অরাংবা মফমদসু শান্তবনি;
পঙবদগী কৈথেল থেঙঙবসু
মতম লৈরি হৌজিকসু থরুংকনু
শেমদ শেম্ম, লৈরাং নাচোম
কৈথেল য়োইহল্ল, মতম চানাং
হৈত্রবসু নাচোম শেম্বা
নীংশিংউ তম্বিরম্মু
হৈশিংলবা ঐখোয়গী লময়ানবশিংনা
করিবু হেনবগে নোংচুপলোমগী
সেক্সিপিয়ার বার্দ'স ব্রোথ ব্রিলিয়ম ব্লেক
জোল মিল্টননচিংবনা
মখোয়দি ছোংনবা তম্দবনি
উৎথোকপা কিদবনি ফোঙদোকপা ওম্বনি
ঐখোয়সু হোংনবা তম্লোইদবনি
উৎথোকপা কিরোইদবনি ফোংদোকপা ওমগদবনি।

—————

# ইমা পৃথিবী

সংসারসিদা লৈরিবা পোৎশিং
থরায় পানবা পান্দবা
ইমা নংগী ভাক্তনি
কনাবু নঙোন্দগী লাপখিবগে ?
করিবু নংগী ওইখিদবগে পোলোয়দ্দা ?
কল্লবা নোংলৈ মুংশিং
অঙাওবা ইথক–ইপোমশিং
নতম্বাক্তা শান্নজবনি;
ঈশিংদগী লৈচিল ওইখি
লৈচিলদগী নোং ওইনা
হল্লকই অমুক নতম্বাক্তা;
থরায়গীদমক জীবশিংনা চানখিবশিং
অমুক হল্লকই নতম্বাক্তা;
থরায় পানবা পান্দবশিং
ওইখিবনি নংগী ঈদগী
নরল চাহনা হিংজবনি
নরুম থুপ্না হিংজবনি
অয়োইবা মতম লাক্লরদা
তুমথখিনি নতম্বাক্তা নিংভাইদনা।

হৈ শিংলবা বিজ্ঞানিকশিংনা
অফ–ফত্তগীদমক পুথোক্লিবা
ইলিমেন্টশিং কেমিকেলশিং হিদাকশিং

নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং
মীওইবগী মুংঙায়রবা উপায়শিং
ইমা নংগী নরল ঙাক্তনি;
চাউথোকচবনি নাপল কাজবনি মথোয়না
শীংনবনি ইমাদা ব্যবহার য়াওদনা
পুন্নমক ইমাদা ভারগদবনি।

মসিমদি হায়নিংই ঐদি ইমা—
"হোৎনকফমসু নংনি
লোইফমসু নংনি
পুন্নমক নংগী নরলনি
মীনাইমা মপু শাজবনি"।

---

## ঙা পোরোম

কত্রবা মহাজন অমগী
চাউরবা পুখ্রি অমদা
য়োক্লম্মী মথল খুদিংগী ঙাশিং
মচিঙ্খাক হুঞ্জে নুমিৎ খুদিংগী
লৈজবা শেলসু লোইগ্রবদা
পূদুনা শীজিন্নে মীঙোন্দগী
ঝাঙী শাজৈ মযাম্নবশিংদা
"চাউবদি হেন্দে চাখিবনা হেল্লি"।

মরাইবক্লা থিরিবদি
পুখ্রিহুদা পোরোম্না মশীং হেল্লক্লী
ময়ামগী থাদরকপা মচিঙ্খাকশিং

পোরোমশিংনা হেম্না চাথোকখি
অতৈ ঙাশিংদু মবুক থঞ্জদে
চাউবা ইহেন হেন্দ্রে পাঙ্গল রাংলে
মহাজলগী পীজবগী চাংদি
হেনগত্তবনা মবুক থম্মদ্রে ঙাশিংদু
পাঙ্গল শক্তি হেল্লবা পোরোমশিংনা
অতৈ তুশোল্লবা ঙাশিংদু
ফা ফাহ্নুনা চাবিরে
অতৈ ঙাশিংগী মশিং অস্নুম হস্থমক্লে
নোংমদি ঈশিং ঈচাও অমদা
পুক্ৰি লৈরায় লাম্না
চোংব্রে পাঙ্গল্লবা পোরোমশিংদু
চৎপ্রে পাক্লবা অতোপ্পা ঈপাক অমদা।

ঈচাও উবদা পাখৎলবা মহাজলদো
মচাশিংগা লোয়ননা মী নেক্লনা
লৈজবা উপাইশিং শীজিম্মদুনা
ঙা নৈখি পুক্রিদু কুম্বং শাবমখৈ
অহবু লৈরমদ্রে ঙা অমফাওবা
হঙোই অচৌবা থরা লৈরম্মী;
শাউরবা উপাই লৈত্রবা মহাজলনা
হঙোইশিংদু ফাদুনা লোইনা হাংখি
লমন থুম্লে থঞ্জখি মপুক্লিংদা
মাঙখিবা শেল মতম হোৎনজমলগী
থম্মোয় লেম্না নোকচখি
অসিনি লমদমসিগী রারী।

— x —

# তুংগী মীরোল অমগী
# কনাগুম্বা কবি অমদা

অঙকপনি হোংলক্লিবা ফিভম
পৃথিবীগী মালেমগী সমাজগী
কিবু কিরে হিংবদা
বিজ্ঞান্না অসুম চাওখৎলকপদা।

তুংগী মীরোল অমদদি শোয়দনা
বিজ্ঞান্না থরায় হাপ্লা ঙমগ্রবসু
এইদস কেনসর জাপানিজ এনকেফালাইতিস
শোয়দনা ফহল্লকখিনি
কনবা ঙমরোইদবা অনৌবা
লাইনা কযাসু থোরকখিনি
বরমুদা ত্রাইযেঙ্গলগী অরোনবশিং খঙলকখিনি
ইউ এফ ও গী মরমদা খঙলকখিনি
মরী লৈনহুনা চথোক-চৎশিন ত্তৌনরকনি
মথল কয়াগী থুংলাই পুথোক্তুনা
হিংবদা মুংঙাইনা হিংলনি
খল্লকপা মীকুপ্তা যৌনিংবা মফমদা
হেক্তা য়োনবগী উপায় লৈরনি
অতিয়া খেৎপা দলান ঙাক্তা লৈরনি
সমুদ্র ইরোম্নংদা খোংনা চৎলকখিনি
সমুদ্র ইয়াইথক্তা খোংনা চৎলকখিনি
মীচাবা ঙাশিং লায়না হাৎলকখিনি
থুংলাইগী অঙকপা মতেংনা

মফম অমদগী মফম অমদা
কোয়পাই পাইহ্না চৎলবা য়াই
জঙ্গল চীংজাউ সমুদ্র লান্না
থোং অকাপ্পী কয়া শারকখিনি
অয়ুক মুংথিল মুমিদাং থেৎনরক্কবা য়াই
অপাম্বা মফমদা মতমদা
নোং চুহল্লকখিবা য়াই
খুলাইগী মতেংনা ইকং ইচাও
নোংমদি শোয়দনা ডাকথোকখিনি
পৃথিবীগী য়েংনিংবা মফম
খুদক্তা উবা ফংলকখিনি
তানিংবা পাউ খুদক্তা তানবা
অঙকপা খুৎলাইশিং পুথোরকখিনি;
চাওখৎলকপগী থাক হেনগৎলকপা
রাখলগী থাক রাংথৎলকপদগী
মীনা শা ওল্লবসু য়াই
শানা মী ওল্লবসু য়াই
মমা মপা মচা মশক খংনরক্কবা য়াই
চাওখৎপা ফত্তবা শিংবা মাম্নবদগী
থৎন-চৈনবা পুম্নেপ লেপখিবা য়াই
ধর্ম্ম ফিজেৎ ফিদম নাৎ লোন
অনক্তা ওইরকখিবা য়াই
পৃথিবীসে অচৌবা ইমুং অমগুম্নখিনি;
পৃথিবীদি পাকথোকপা হেন্দবনা
মীশিংদি অমুম হেনগৎপনা
চাবা কোপ্পরক্কবদগী

মীনা মী চারকখিবা য়াই
জঙ্গল অসুম কোকশিল্লক্লনা
মী তান্নরকখিনি লৌ উনরকখিনি
শাশিংসু অসুম মাংশিল্লকখিনি
ইকোলোজিকেল বেলেন্স মাংখিদুনা
সুংশিত্তা কার্বোনদাইওক্সাইদকী চাংনা হেনবদগী
শাবগী চাং অসুম হেনগৎলক্লুনা
মেক অনিসু ইংলরোই
মীনা পীক থল্লকখিনি;
মতমহুদা পৃথিবীগী পোৎ খুদিংমক
চাকথেকখিবা য়াই
জীবশিং লোইনা মুৎখিবা য়াই
নত্রগা
পোৎলুম হেনবদগী পৃথিবীগী খোংচৎ কায়রক্লনা
অচৌবা য়ুহারহবা খোক্লুনা
মৈগী চীংশিং পোখায়রক্লনা
জীবশিং লোইনা শিখিবা য়াই
নত্রগা
বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা
অতোপপা গ্রহ অমদা খুন্দাখিবা য়াই
নত্রগা
বিজ্ঞান্না পুথোকপা অঙকপা খুলাইশিংনা
মতমহুগী অহোংবশিং ভাকথোক্লখিহুনা
জীবশিং মুংঙাইনা কৈনরবসু য়াই।
মতমদুগী ফিভমদো য়েংনিংঙ্গেদা
অহবু মতমহু ফাওবা পুন্সিদবসু য়াই

পুন্সিবসু পীন্নবিসন্নু ঈশ্বরনা
করিগুম্ব মতমহ য়ৌদ্রিভে শিগ্রবদি
মতমহুগী কনাগুম্বা কবি অমনা
পৃথিবিগী অমস্তুং লমদমশিগী
ঈ-পাউ থাবিরকউ ঐভোন্দা
মতমহুদা হককথেংননা উনবা ফংত্রবসু
অশিবগা অচওবগা ব্বারী শানবগী
উপাইদি পুথোরকপসু য়াই
কবিদি মীনুংশি নৈবনি থম্মোইগী ৱাবু খওবনি

---

## অতিয়া অমস্মুং মালেম

অতিয়া নঙদি কয়াদা নরাইবক করিবা !
অরা-অনা করিস্থ নৈত
অরাং - অপাশু অমত্তা য়াওদ
মীকপ - মীরাওখোলস্থ তাদ
কয়াদা শান্তি নৈনা হিংলিবা নঙদি।

মালেম ঐদি লোইরেদো
ইকাইজরেদো নমাঙদা
অরা অনা অবাং - অপা ভাক্তা ঐগীদি
হাৎন - শুনবগী মীকপ মীরাওখোলতনা
নীল্লে ঐগী ইমুংসে
য়েলহৌভৈগী চান্নবি ইতারোই
নোক্নবিনু লাইবক-থীরবি ঐবু
ফত্রবা ইচাশিং পোক্লবগী মহৈনি।

---

# শক্তম হোংলবা লৈবাক

২১ শুবা চহিচানা হৌগংলকপদা
ওল্লে মৈতৈ পুকচেল ওল্লে
অঙকপনি অন্নুক ঙকপা লৈত্রে
নোংখোংদনা ত্রজ্জ তাবগুম
ওল্লে ওল্লে মৈতৈ পুকচেল ওল্লে
লৈকাই লৈকাই কনা লৈবগে
লৈকাই কনা তাবগে
তাদবা তাহৌরো খঙদবা খঙহৌরো
উদবসু উহৌরো নমিৎ পেন্না।

মুমিদাংবাই খুদিং কবুইগী য়ুমদা
ফমতুনা য়ুবু থকখিদরে ঙাওখিদরে
চেংরান্নবা এঙ্গাং লৈনবা
মুপীনা থমজবা পৈশা হুরান্দরে
মতু – মচা চায়া হেন্দরে
থবক কন্না শুনখরে ময়ুমদা
নিশা চারগা খংনদরে মচিন-মনাও
ফু চৈখিদরে তোল্লবি মতুসু
ইংনা তপ্পা য়ুম্বান্নরে মৈতৈ;
গঞ্জা কানি গুলি হেরোইন য়ু
চাখিদরে থকখিদরে মৈতৈ নহারোলশিং
AIDS পু কিনরে শিংনিংত্রমাল্লে
HIV পল্লবা মীশিং অসুম হস্নরে
সিনেমা হোলদা পাখং লৈশাবি
কুক-কুক ইন্নদরে

মমা মপাদা খরচ তাম্নদরে
চৈবি ওৎপিদরে মমা মপাবু
ময়ুমদা থবক কন্না শুনয়েং
লাইরিক কন্না তন্নরে পানরেং
থরায় য়াওরে মহৈদা মৈতৈ ছাত্রশিং
ময়ুমদগী পুখিবা ওজাগী টুইসন ফি
লম্মখাংদা তাহৌদরে ওজা য়ৌনরে
পরিক্ষাদসু মপালদা মী চেন্নদরে
ওজাশিং চাক্কৌনদরে
ফত্তবা উপাই শিজিন্নবগী ফারুবা
ওজাহু ছাত্রনা লম্মখাংদা ফুবিদরে
ইংরাজিদা দরখাস্ত ইবা
ইংরাজিদা রারী শানবা
ওন্নমক ৼয়ে লমাশিগী ছাত্রশিং
অফবা ছাত্র ঙাক্না ঙায়রে;
মৈতৈ ওজাগী মশুনসু হেনগৎলে
সরকারগী ওজাশিংনা মচাশিংবু
লন্নাই ইংলিস স্কুলদা তমহন্দরে
স্কুলদা ছাত্র পেরোদ শুনা তম্বিরে
স্কুল কাদনা লৌরগা তলব লৌখিদরে
কাদবা ওজাশিংদগী শেলখায় তৌহুনা
কাগ্রবসু তলব পীরগা DI/Inspector
করি খল্লবনো তৌখিদরে
চেক্কী ময়ুম শানখিদরে
মাক্কতি কারবু তোংনখিদরে
সরকারগী লোইশংশিংদা

পুংশিং শুনা থবক শুনরে
ওফিস কাদা শানৈ - য়ুনৈব্দরে
ইচে - ইচলশিংস্থু ভারি য়োল্লদরে
ফিবু লোন্দুনা বাথি ভাঙনখিদরে
ফাইল কম্না শুনখরে
মুপা মুপী ফম্মিয় লুদো শান্নদরে
মীগী অথুবা ফাইল ফাখিদরে
চাগী লুপা ৫০ পীয়ু হায়খিদরে;
ওফিসারশিংস্থু কাউথরকপা শেঙ্গকম
নিয়ম চুম্না শীজিন্নরে
কোমজ্রবস্থু ফ্রিথ'উদগী পুথোক্রে
মথাদা থবক তৌবি নুপীশিং
পিকনিক চৎপদা পুবিদরে
পার্তী তৌবদা য়াওহনখিদরে
পিকনিক পার্তীদা যাও হায়বা য়াদবগী
তলব থিংলম্বত্থু তোকখরে
করি খল্লবনো হৌদোং লম্বোইবগুম
মৈতৈ ডাক্তরশিং মবুক ফরে
হোসপিতালগী পীরকপা হিদাকশিং
ফার্মাশিশিংদা লোম্না য়োন্দরে
অনাবশিংদা লেম্না ফংহল্লে
চৈহৎ - লাউহৎপিদরে
শঙ্গ লৈতবা অনাবশিংবু;
Sl. No. অথুবা ফিভম য়েংদনা
খঙন - চান্নবা মীবু হাম্না লায়েংবা তোকখরে
ওপরেসন তৌবদা শেল লৌখিদরে

শেল পীদনা ওপরেসন তৌখিবা
অনাবশিং লোইনা হিংলে
হোসপিতালগী সুপরইন্টেন্দেন্টস্ন
মীচঙ মীথায় নাইদনা
অনাবশিংদা ফমুং পীবিরে
শেন্দোং য়াওদনা অনাবশিংদা
Balance diet পীবিরে
লুনা নান্না থমখরে
হোসপিতালগী অকোইবদা লৈবা নল্লাশিং
মনম মহা নমখিদরে
কাও মকোল ওইখিদরে
অমাংশংশিংস্ত লু হেন্না থম্বিরে
ঈশিং মরাং কায়না থম্বিরে
মহিক মনাই চেন্দ্রে।

মৈতৈ ইঞ্জিনিয়ারশিং
থবক চেকশিন্না য়েংল্লে
শেন্দোং শরুক য়াখিদরে থিকাদারদগী
শারোয়দবা Fly over শানরগী
Survey report কী খরচ
মাংজরে খল্লবরা কাইখিদরে;
শাবদা ভায়খিবা থোং অহাইবী
চংখিদরে তুরেন্দা তাহুনা মী শীনদরে
W. B. M. য়াওদনা কোয়লাস থাখিদরে
লম্বী থোং অতেক অকাই য়াওখিদরে
শাবা লোয়বদা ভায়রিবা মুমহু

শঙ্গাদ্রিডৈ রিপ্যারিং তৌখিদরে
নহান কুপখিবা ভিঞ্জদু
মুংশিংনা ফজাইবগী পাউ তাখিদয়ে
ঙরাং হৈবা R.C.C. গী য়ুমথক
ঙসিদি রিপ্যারিং তৌখিদরে
শাবদা ঙায়খিবা য়ুমদু
চহি ফাদ্রিডৈদা নীখায়দরে
য়োৎ মশিং শুনা হাপ্লে
বিলামাতিগী চ্যাং চুম্না হাপ্লে;
ইরম নম্না মায় পাক্লে
নোংজু মচা অমদসু
ঈচাও থোক্তরে লমসে
ঈথৈ লৌখোং শেমদুনা
লৌবুক চাথোক হেনগংলে
দাম শাবগী থবক তৌরুনা
লৌকোল কয়া ঈশিং থুমদরে
লৌমী প্রজাশিং ৱানদরে;
অফবা ঈশিং পীদুনা
মীপুম খুদিং মশা ফহল্লে
দাইরিয়া তাইফোইদ দাইসেন্ত্রি,
মুৎখরে ঙসি লমসিদগী;
মতম চানা কাঙ হিদাক কাপ্তুনা
ফহল্লে কাঙগী লায়না কয়া
মীশি মীনা থোক্তরে
মাঙখরে মরু ফংনা ঙসি লমসিদগী
মেলেরিয়া জাপানিজ এনকেফালাইটিস;

লমসিগী থুঙ্গং খুদিং
ইলেক্ট্রিক লোইনা পীদুনা হুংঙাইহল্লে
লোদ সেদ্দিংগী অরাবা লৈতরে
হুমিদাংগী মহুত্তা অয়ুক-হুংথিলদা
মৈ পীরম্বা তোকখরে
মফম খুদিংগী ইলেক্ট্রিক ত্রান্সফোর্মরশিং
কম্পনিদগী সপ্লাই তৌরকপা
সেকেন্দ হেন্দশিং লুইখিদরে।
NRY DRDA PMRY SEEUYগী
কায়থরকপা শেলফম নিয়ম চুম্না শীজিন্নরে
ওফিসারশিংগী য়ুরিৎখাঙদা চংথিদরে
থুঙ্গংসু চাউখংলে পুম্নং লংলে
মতিক চাবা মীদা লোন পীখরে
থবক ফংদবগী অরাবা কোক্লরে;
অঙানরাদি সেন্তরশিংদা অফবা শঙ্গোম পীতুনা
অঙাং মশা ফহল্লে
কাইথরকপা শেলফম লাম্না শীজিন্নদরে:
FCS/FCI গী গোদাউনদা
উচি অচৌবা চঙখিদরে
চেং হুরাই মাঙখিদরে
প্রজা থরায় নুংঙাইনরে
মশাগী কান্নবা য়েংদুনা
থিংলদা তাইনগ্রগা নাশিখোংদা তাইনবঙম
মরম চাদনা বন্দ তৌদুনা
মীচম প্রজাদা অরাবা পীখিদরে
ছাত্র কাংলূপসু বন্দ তৌদনবগী

সরকারনা অমদি কারবাররাজাশিংনা
লুপা খাউজাও পীদুনা থেম্বা যাখিদয়ে।

শোরাং লুহোংবা দেব কর্ম্মদা
ঈশৈ শকপদা শেলবু থানখিদরে
চাকচা হৈজানবা উসব মেলাদা
লেমহুনখিদয়ে চাক এঙ্গাং
থকুখিদয়ে যুম্নু মৈতৈশিং
হৈশিংলে অয়েম্বনি খল্লমায়ে:
বৃন্দাবন নবদ্বীপনচিংবদা চত্নুনা
লাইওইশ্রবা মমা - মপা মতু মচা মরা
মচিল - মনাউ কয়াগী মিংদা
অয়েম্বদা শেনবু হুন্দোকখিদরে
মপুয়োইবগী সেবা চংখিবি
মৌনহা কয়াম্নু
বৃন্দাবন মহাজনদা নত্রগা
মতুগী সেবা চংখিবা মুপাশিংদা
নৌনা যুম্বালখিদয়ে
নমচং ফজরে লাইনিং শেংলে মৈতৈ।

লৌমীশিংদা অকবা মথলগী চাথোকলৈবা
ফৌ অমদি মরু - মরাংশিং পীরে
মতম চানা হার তিনহাং হিদাক
কংহনদুনা চাথোক হেনগংহল্লে
রাত্ত পাদরে মৈতৈ লৈবাকসে
লৌমী প্রজাশিং হুয়াউনরে:
চান-থক্‌বা পোংশিং

মতিক চাবা মমলদা প্রজাদা ফংহল্লে
শেম্থোক বাংদবা মীশিং রানদরে;
কল করখানা অঙকপা ফংনা চাউখৎলে
খুৎশা হৈঁখগী থবক ঋিশা-লোনশা
অঙকপা" ফংনা য়োকখৎপিয়ে সরকারনা"
থবক ফংদবা নহাম্নোল
অমম্তা লৈত্তরে লমশিন্দা;
পোংকী মমল ঈচাওগ্রম হেনগৎপদা
বারে হেনম্লে হায়নম্লে
বন্দবু কৌরক্লে প্রজাশিং,
মরম চাদনা হেনগৎপা মমলশী "মায়োক্লা।

Election দা —

অফবা মীরেপ খনবা হৈরে
শেলবু য়েনখিদরে রার্করশিংনা
লৌবস্থু লৌখিদরে প্রজাশিংনা
চাকচা হৈজানবস্থু তৌখিদরে
মশাবু চহি ৫গী ওইনা বক্লোন থমদরে;
মীরেপশিং রাশকপা তোকখরে
M.L.A. মন্ত্রী ওইরগা
ওইরোইদবা হাওদবা ফমগীদমক
অপঙবা প্রজা থিহনা
হান্নবু শেল লৌখিদরে
মাগী মীদা থিকা তৌহন্দরে
শেন্দোং য়েন্নদরে প্রজাগী থল্লমানে;
ইরাং চেলবি মৌ লৈশা করা

M L.A. মন্ত্রীগী মনাক নক্‌খিদরে
লৌ-ইংথোল সনা লুপা
য়োনহুনা, বক্ষোন পনহুনা
শেন্দোই ক্যাবিদা শেলবু পুন্নুনা
তলব চান্না থরকীদমক য়্যানোয়্নখিদরে।
লম্নাই কারখার তৌহুনা
শেখোক লৈনা শেন্দোং ফংনা হিংনরে,
দিল্লিদা চত্‌লুনা মরমদমগীদমক
অরাং অপা ইচংথৌনা হায়রুহুনা
অহেনবা শেলফম কাইথহল্লে
চহিগী কায়থরকপা। শেনফমসু
মখোয় মশেল মীকানরিবৈ
প্রোগ্রামদা য়াওবা থবকশিং পাংথোক্লুনা
শীজিন্নদনা হলহলখিদরে;
৪০ না ২০ দা মায়থীদরে
২০ না ৪০ দগী চাউবা হেন্দরে লমশিদা।

# থাবল্লৈ

ঋতুরাজ বসন্তনা লাকপদা
উপাল-বাপালে হৈপাল লৈপাল থিবিরা
অশংবা ফিজোল হোংলবদা
হোংদোকচরে থাবল্লৈসু অশংবা ফিজোল
শজিবুগী থামৈ কালেনগীদি থাজিলদৈ
কুৈন্নৈনবা শাবান্দা অশংবা ফিজোল শেং
চৌকনবা নাচোম্না নাপ্লদা শাংতক য়াল
নংনা থাবলদা মোমোন নোকচবদি
লাক্লবোই নীংই মহৌশাগী লাইরেম্বী:
নশক উত্রবসু খোঙ্গেনতমক তায় (লৈনম নম্মী)
পাখং লৈশা কয়াগী থম্মোয়দা
মুংশি ইনোৎ হাপ্পীদো
থাবল মণ্ডন থৌগৎলিদো।

অয়ুক মুংখিলদা নোক্লনা
মুমিদাং খুদিং নোকপদি
করম্বা ননিং থুংদবা লৈবগে
কোরৌ মাবু য়েক্লবনি খনবরা
ইকায খিবা ওইবনা
মীনা চৈবিনি কিবরা
নত্রগা
রাশক্লখিবা লৈবরা থাজগা
মীচিক মীরাওখোল তাত্রবদা
করম্বা অরোনবা রারী

তাইবং কনা থংহন্দবা লৈবগে
নত্রগা
থাবল ফরবা অহিং অমদা
অপাম মুংশি রাইথুংনদা
কায়নখিবা পাম্ন মানজ কনাবু
থম্মোয় শুম্মৎলমগে মতাগুম
মুংশি ননাক্তা কৌশিলগে মতাগুম
নংনা থাবলদা ছোনা নোকপরা ?

খোইম্ন কনা ননাক্তা লাক্তবদি
লৈহি চেন্দে খনবনরা
করম্বা অয়োনবা রাবু লৈবনরা
নত্রগা
মৌগী শাংদা চল্লবীরা;
অতৈ লৈরাং খিবিক্রা
ঈশ্বরগী মনাক য়োরগা
মুজাই নাপ্পে লৈতেং ওইরগা
নংদি ঈশ্বরগী মনাক য়োঙমত্রিবা
মুজাই নাপ্পে লৈতেং ওইত্রিবা
করম্বা রাশক চেৎকখিবগে
করম্বা পাপ চেনবগে
নত্রগা
লুপ্রাশিংদা চন্দনা
ঈশ্বরগী সেবা তৌফদে
মুজাই মকাদা য়েংচনিংদে
থল্লবরা ?

মঙনা অনুমা মোক্লগা
মেন্না থাগী থামৈদৈ
কালেনগী থাজিল য়ৌগ্রিফাও
তুমিলনা অমুক লোৎখিদো
তাইবংদা নহাকপু কাউহল্লিদো;
নিংথমগী উলেনবু কিবনরা
নত্রগা
মুংশি মকাদা রাশকখিবা লৈহুনা
থম্মোই চেৎপা উৎপরা ?

পামজবা থম্মোইনি খোয়দাকবা লৈরাংনি
নতৌ উর নংগী রাথল থল্লরে
থম্মোই মচেৎ কায়দোরে
থাবলগী ইথক – ইপোমদা
ফুম্বংনরে ঐদি অঙাওবগুম
ইরাক্লরে ঐদি রাথলগী ঈরৈদা;
অথঙবমা খঙবিদো খঙদবনা হংবিদে
শীজিন্নফম লৈত চন্নফম য়াওদা
পঙুনা পুমহুনা মাঙবদো লৈখোংদা
নতেং পাংবসু ঙমদ
ঐদি য়েংঙমদেদো লৈরাং ও।

— — — —

# খুরুমজরি ইমা কংলৈপাক

পীনহৈবি ঙাকপিহৈবি মীচং মীখায় নাইদবি
হে ইমা কংলৈপাক
খুরুমজরি তোল্লবা পাঙত্রবা নচা ঐনা ।

মীতোপ্পা লম নিরগা পীবা
নঙোন্দদি মীনা পীরক্কবা
অসুম পীকশল্লক্লে নংগী ইংখোলসে
নোংমদি লৈফম লৈররোইনে
নচা - নগু ঐখোয় ময়ামগী;
খুংশিদনা খুংশি শাশিন্নবা
হুরালবা নচা থরগী বাবু লৌথুনা
লোইরেনে ইমা পুম্নোই
বাঙাংদবা মীঙমদবা ঐখোয়দি;
পুকচেল ফবি তপচবিনি থনহুনা
পাঙল্লবা নচা ঐখোয়সু
অয়েংপা পীঙমদরে ইমাদা
লোম্থোক্কবগুম শোইনাইবগুম লৈরেনে ।

নচা ঐখোয়বু য়োক্লকপদা
লাইরবি লুখ্রাবি ইমানা
রাখিবদো কয়ম্না কাউরুনি
ইমাগী লমন্দি শিংজগেকো ।

নোংমদি শোয়রোইনে ইমা
"য়ুমদাংবনা কৈনাবা
য়ুম্নুনা মীনাই ওইবা"

মতমদুদা লৈকম লৈত্রবা ঐখোয়না
হিংনবগী লানকমদা শোয়নিংদ
মালেমগী মকম শীম্বংনা
উপাই লৈত কোইচেন চেম্ন হিংবদা
ইমা নংবু য়েংবা ওমগদরনে ?

ইমানা হিংলিবৈ মতমসিদা
ইমানা চানিংবশিং থাম্মোইশেংনা পীজগনি
লৈত্রবসু মীভোন্দগী নিজরোই হুরাল্লোই
হুমাংনম্না তাল্লনি
ইমাগী সেবা থম্মোইশেংনা তৌজগনি
ইমাগী অনিংবমথৈ থংহনজগনি ওম্বমথৈ
ইমাগী অরোইবা খোংচত্তসু
কায়নবগী পিরাং
থম্মোইশেংনা শিন্থজগনি
তাং-পাং ইজংকীদমক
মুংশিদনা মুংশি শাশিন্ন
ইমাগী সোরাং শোনবদা
কুমগী কিরোই তর্পন কংপদা
ঐদি করিমত্তা হাপচনিংদে হাপচরোই:
হিংলিবৈদা পীজনিংদবা সেবা তৌনিংদবা
ইমাগী লনবু হুরালবা
মীতোপ যুমদাংবগা লৌতুনবগা
পোকমিন্নবা ঐখোয়বু মীরাইওম্বা
ফত্রবা হুয়ানবা নচাশিংনা
মুংশিদনা মুংশি শাশিন্ন

শেলগী শক্তি পুথোক্তনা
ইমাগী শোরণত্তা তর্পনদা ফিরোইদা
অভম্মখৈ উংচসমু ইমাগী মীমুংশিংহু
মীয়াম্না খঙলনহু মতাওম
হায়জসমু মীয়াম্না ঐবু
"মমা মুংশিদে
মমাগীদমক করিমু কৎনিংদে";
ঐ কম্মিসু বারোজয়োই
মরমদি
"মীমুংশিদি হিংলিভৈদা উৎকদবনি
সেবাদি হিংলিভৈদা তোগদবনি
খোম্লাং লমনদি হিংলিভৈদা শিংগদবনি
ঐগীদি পুম্নোই লোইখরে"।

ঐখোয়না ইংখোল থাদোক্তনা চেনথগা
হুরালবশিংনা মীতোপশিংগা
লৈহৌরসমু ইমাগী ইংখোলদা
অহুবু কুইরোই
মখোয়সু ঐখোয়গুম্না দশা তাগনি
মীতোপশিংগী ওইহৌরনি ইংখোলসে
অহুনা।
ইকোক নোনজ ইখোং তিংথোক
খুবাক চাংজো তরা লোম্ন
খুরুমজরি ইমা কংলৈপাক
তাবিয়ু মসিমতংদি—
"বুদ্ধি লৌশিং মাঙজিদৈভ ইমানা

ৱাখল লিংজেল মান্নরিভৈ নচাশিংনা
মিৎ নাকোং ফরিভৈ
ৱা ভাংবা ভুম্লিভৈ ইমানা
য়ুমদাংহলগন্নু চংক্রফম পীগন্নু
নীববসু পীগন্নু লম মীতোপ্তা
ইন্নালবা নচাশিংবু ৱান্নক ৱাতেম্বীয়ু''।

——————

## কোম অমগী ৱান্নী

কোম মন্নুংদা লৈন্নিবা হঙোইশিংহু
ভাকপি শেনবিনবা থম্বা লিনশিংহুনা
ফা ফাহুনা চাথোকই।
মশা মশাদ শোক্ত্রগা লোইন্নে খন্নহুনা
হিংহৌবা হঙোইশিংনা ৱাকৎলমদে কোম মপুদা;
নোংমদি মন্নিল লৈরবা হঙোই নহা অমথক ফাগ্রবদা
চেক্ চেক্ খোংহুনা লাউন্নৈ
অহুবু অতৈ হঙোইশিংহু মমিৎ উইশিন্দুনা তুমিলনা লৈনৈ:
অসুম মশিং য়ান্নক্ত্রবদা নোংমদি লেমহৌবা হঙোই খন্ননা
কোমহু নিলহল্লগে মতাগুম গো গো খোংহুনা
ৱাকৎচৈ ফোংদোকচৈ অৱাবা কোম মপুদা
মতমহুদদি তুমহুনা লৈখন্নে মপুদো
কমদৌনি?
হঙোইশিং লোইনা শিবা ভাবনি॥

——————

# স্বত তানবা

ইমা ইপানা পোক্লম্মা
ঐথোয় ইচিল - ইনাও অহনথক
মীতোপ ইনাও অমম্থু য়োক্লম্মী
থম্মী য়াম্মা ম্নংশিননা
অত্থুবু ঙসিদি কায়নরে
মীতোপকুম খল্লরে চান্নদরে।

খ্বাইগী অহল ঐগী য়ুম্ফমদি
ইংখোল ম্নয়াম অকুৎপদনি
ইনাও অনিগীদি মতাই অতোঙবদনি
অয়োকপা ইনাওম্থু ঐগা লৈমিম্নৈ।

অঙাং ওইরিঙৈদা
ঐনা হায়বদা ইল্লম্মগা
চাউরক্ল মতমদা থওইবিদরে ঐবু
উৎশিৎপিদরে খৎনবদা হৌবিরে
অঙাং ওইরিঙৈ ঐনা ফু চৈথিবগী
লমন খুম্নিংমাল্লে চাউরকালশিদা।

ইনাও অনিহম্থু ম্নংশিনদরে
ঐনা হায়বম্থু ইলবিদরে
মীতোপকী বাবু অচুম্বনি থম্ন
মচিন মনাও হাৎন-শুনরে
লমথৈ শম্বল থানরে
য়ুম্নোম্নবা মীশিংনা হন্নাওন্নক্লে
চফু কায়রগা ক্লাক্লা হন্নাওবগুম।

ঐখোয় অহুম য়ানদবদগী উংখৎনবদগী
লেপনহৈ ইংখোলহু বেন্তোক্লবা
শরুক অহুম থোক্লা পাতা পান্নবা
কৌরুলে লৌরুংশংগী অমিলঃ

করি মরমগীনো খঙদে
ইমা ইপানা থম্লিরম্মী
ইংখোল্লহু বন্ধাল মীফম মহাজন অমদা
ইনরম্মী বন্ধান দলিল "মজ'র এগ্রিমেন্ট"
লিংজেল মান্নদবদগী সুংশিনদবদগী
হন্দোকপা ওমদরে ইংখোলহু
শেন্দোই শেম্নেপ পুল্লগা
ইংখোলগী অয়োলমল যৌথরে
হন্দোকপস্থ ওমদ ককহাওনরে ঐখোয় ।

শাউরবা মহাজননা সিফাই থাজিনহুনা
থাবা ১৪৪ জাবিথরে ইংখোলমুংদা
শাস্তি লৈতরে ইংখোলসিদা
মীপাইনরে পুলিসে কদোমদনো খন্নরে ।

যেন্নবা ওমদনা ইংখোলহু
ঐখোয় মশেল শাউনরে হাৎনরে
ইনাও অনিগী মচাশিং য়াম্নে শিনখিবাঃ
ঐগী থোঙ্গাল লম্বীসু
ইনাও অমনা মরক মরক্তা থিংবিরে
মঙোম্দা নোঙ্গনা হিংলে ঐ ।

য়ুম্নোম্নবশিংগী মতেং লৌদুনা
মহাজল হাৎকে তেমশিংলে ঐখোয়
সিক্লাই হাৎকে থৌরাংলক্লে ঐখোয়;
তথা য়াদে হৈশিংবা মহাজলনি
থেমজিন্নৈ ঐখোযবু লমহুই রাখলদা
ইনাও অনিবুদি শাউব্রগা
অহল ঐবুদি শাওবিরে মহাজলনা
ইনশিলবিয়ে ইনাওশিংদা ঐবু হাৎনবা
অরমদি —
ঐনা শিগ্রবা মতুংদা
ইনাওশিংদি মহাজলনা থেম্বা য়াখিনি
লৈবাক ইরাং হৌরোই
রাকৎ করিস্নু তাররোই;
ইনাওশিংগী মরক্তা অমমুক হাৎনহলগ্রগা
লৈহৌবা ইনাওদু মহাজলনা হাৎলগা
মহাজলগী মিংদা গুনগ্রনি ইংখোল পাতাদো·
অয়োকপা ইনাওদি পওশিন্নদুনা লৈ
ঐখোযগী মতেংস্নু পাংবিদে
ঐখোযগী অচেংবা তাঞ্জাবু য়েংহনা লৈ
মহাক্তি মহাজলগা শাউনদে।

অদুনা খুদোংথিবা লাক্তিড়দা
রারক-রাতেমজৈ ইনাওশিংবু ঐনা —
"য়েন্থোক্রগুমশি ইংখোলসে
মুংশিনা পুকচেল তিন্নমা লৈমিন্নশি
কৈদৌনু দা কায়নবা যারোই ঐখোয়"।

# কায়নবা

চিতাগী মন্নবা মৈখু মরক্তা
অৱা মুংঙাই পুন্সিবু তুংওইনা
কায়নবগী লুম্' পোৎলুম পুহনা
কৈদনো থৱায় নংনা চৎলিবা
ঙমখৈ লৈত্রবা আশাগী অতিয়াদা
অমত্ত ঙায়রম্বি থাজ থৱায়না
থাশিগী পুন্সিদা অমুক উরবোই।

ৱাখৈরবা হকচাংনা মোংকমুংদা লৈহৌরে
কায়নরবা থৱায়না মালংদা ঙাওরি
শিরগা লোয়রবা মীওই মপোক্তা
নংতগীনি মৈচাক খাঙনরম্বদি।

থৱায় হকচাং অমত্তা ওইরিঙৈ
থৱায় নংগী পেন্নবা হোৎনবদা
হকচাংনা ফংখিবা মৈচাক পোৎলুম
কায়নরমদাই মীকুপসিদা ৱারৌনরোইশি
তাইবং মপুগী তৌফত্রবা শিন্থানি।

+ = +

# পেন্দ্রবা পুন্সিগী ৱাকৎ

নোকহল্লো ঐবু মীকুপ অমত্তং
খঙহল্লো ঐবু নোকপগী মহাও
কপস্থু পেল্লে কাউহল্লো কপ্পা
কোকহল্লো মৈচাক পেন্দ্রবা পুন্সিগী।

পুন্সিগী পাউখোংদা থরায়গী মুংশিবা
তম্বীরম্থু খংলে শিরোম্ভ হায়বিম্থু
শেংদবা শক্লোম্নি ৱাখলগী হৌফমদি
অঙাওবা লৈচিলনি ইয়াইগী কোঙোম্নি।

ফোঙদোক্লরোই থম্মোযগী শেংল' ৱাহৈ
তাবরোই ৱাকৎস্থু পেন্দ্রবা পুন্সিংগী
তিনগ্রনি মীৎয়েংস্থ লৌনমগী মালংদা
মাঙ্গ্রসন্থু ফিদম নাপলগী ময়ায়দা।

মাম্নবা পুন্সি অনিগী মরক্তা
করিগী থম্নি অম্লুক খেৎনবা
পুন্সি অমনা নোক্তনা লৈরগা
পুনসি অমবুদি করিগী কপহল্লিবা।

— = —

# হু

হু য়োল্লি থরাযগীদমক
হু শুংলি থরায়গীদমক
হু থক্লি থরায়গীদমক
হুনা থরায়বু থকগ্রবদা
কারবার তৌবিবশিংহুনা নোক্লি
হকচাংদগী পাইথোকগ্রবদা থরায়না
মালংদা পাইরি ঙাওনা।

# মরুপ অমদা ঐগী ব্রাকৎ

নোংমতস্থু লাকউ হো মরুপ
নাপলগী লম্বী নাথৈহুনা
লাইর' ঐগী থাংপোক্তা
অহাঙ হাওতা থিদনা
লৈজবা খরদং চামিন্নখিসি।

নংগী মুংঙাই য়াইফকোন্দ্রদা
তন্নমন্নেদো ঐগীদি পুন্সিসে
অতুবু হিংনিংইদো ঐস্থু নংগুম।

নিনিগী চেংজেল পুতুনা লাকপা
তাইবং মীওই পুন্সিনি কাউনু
ঙরাংদি হৌখরে মীকপ থোক্ত্রিবৈ
ঙসিস্থু লোইশ্রনি মৈচাক খাঙনব্রিবৈ;
লৈরিবৈ মতমসিদা ঙসিগী
অরা মুংঙাই বারী শামিন্নসি
লাইরবা ঐবু মীরাইবীনু
ঐগীস্থু থরায পাঞ্জরি।

পুনসি মুমিংনা তাররুগা
নাইতোম চৎনখিনি অমম্বদা
কল্লক যেংখি রাখল তুংওইনা
খোইখা - লিনখা থানদা
লানথিবা কয়া য়াঙনশ্রস্থু
মীকুপ 'মতং নোকমিন্নখিসি
নোংমতস্থু লাকউ হো মরুপ।

+ × –

## নোং

অতিয়াদা কোয়পাই পাইহনা শান্নরম্বদগী
খঙহৌদনা ঐগী মতম লান্নক্লবদা
খোঙদারক্লে ঐ মোংলবা পৃথিবী লৈমায়থক্তা
অনৌবা শায়োল্ল অমুগী দমক
শীক্লবা ঈরিক ঈরিক ওইনা
ঈরিকশিংনা পুল্লগা ওইরে ঈচেল মচা
ঈচেল মচা কয়ানা তিন্নরে
পৃথ্রিদা খোংবান্দা তুরেন্দা
তুরেনদগী লেপ্তনা চংলগা
লাক্লে পাং সমুদ্র মহাসাগরদা
তোঙানবা মচু ওইখ্রে
তোঙানবা মমিং থোনখ্রে
তোঙানবা মহাও চেন্নখ্রে
তোঙানবা মগুন চেন্নখ্রে;
অতুবু হৌরকফমদি অমত্তনি
পৃথি লৈমায়থক্তগী লাকপনি
তোঙানবা মওংদা মায়গৈদা চংলবস্থ
পোলোইস্থ পৃথি লৈমায়থক্তনি।

– + –

# অচুম্বা থিবদা

পায়খৎলো। নখুৎচাবা থোয়বা থাঙশাং
পায়খৎলগে ঐস্ন ইখুৎচাবা থোয়বা থাঙশাং
ময়ানথৎনরশি ইবানি অরৈবা পাঙ্গল পুথোক্নুনা
খোঙফম অমফাওবা লেঙনদনা অয়ো হায়নদনা।

থাঙবা কননা তাম্নশি
ঈ য়াম্না চেন্থরকপা তাম্নসি
অহেনবা মীহুনা অচুম্বা শক্নশি
নত্রবদি
খঙলরোই অচুম্বা কনানো অয়ানবা কনানো।

অহুবু থম্থখিশি অমুক্তংদি
হাত্তোক্লক্রিংঙদা ইবানি
চনিং তানা শ্বর হোন্তরগা
"নঙ ঐগী মরী করিনো
কৈদৌবা লাকপনো মফমশিদা
অমর নত্তে ইবানিমক
লিংজেল মান্নদে নুংশিনদে উৎকুমসি মীমাংদা
ফাক্তোকমিন্নশি ইতিহাসকী লমাইশিং
য়েংমিন্নশি ইরম্বশিংছ ইবানি
খঙলক্রবদা ইতিহাসকী রারী
শাগোন্নহুনা কপমিন্নগনি ইবানি" ।।

— — — —

# কংলবা উজাউদা তুবদা

মালেমসিগী খুঙ্গং অমদা
মউ লিংলবা মশা ফল্লবা উজাও অমা
শাম্নবুংগী মতাইদা লম্বীগী নাকলদা হৌরম্মী:
খুঙ্গাশিং লম্বী চৎপা মীওইশিং
নোং খন্নে উরুম লাংনৈ উখাদা
খুলগী অঙাংশিং শান্নে উথক্তা
চোং ফল্লি উশা অমদগী অমদা
থৌরি হায়বী শান্নে উশাদা য়াল্ল'
উচেক বায়া কযাগী কাইদোংফন্নি য়ায়েকফম্মি
কংলবা উনা উশাবু
লায়রবা কনাগী চাকখুম শীংবু ওইনৈদো
নীংথমখাদা খুলগী অহলশিং
লৈপুং ফম্মী উখাদা
মৈবু তীকইদো কংলবা উনাশিং
নোংমদোল খেৎপগুম ব্রাংলবা উজাউদু
ওইনৈদো লমজিং লমতাক
মাইগৈ লেপনৈদো ককঙাওনরবা লম্বী চৎপশিংনা
মমিং চৎলি খুঙ্গংদু উজাউগীদমক
থাগৎনৈ উজাউগী মতেংদো
উরুবা থেংনকুবা মীপুম খুদিংনা।

"মতমগী খোঙচৎ হোংবদা
তাইবংগী পুনসিম্নু হো ইদো
ঙসিগী পুন্সিদো হযেংসু ওইয়ু য়াদেদো"

নোংমগী অসুম অসুম
লেপকং কংশিল্লক্লে উজাউদো
খুনজা কনাসু মনাক নকনিংদরে
কান্নবা ফংদরে খল্লবরা
উচেক – রায়া কাওবা তোংখিদরে উশাদা
কল্লবা খুংশিং লাকপদা
উখাদা শান্নবা অঙাংশিং
লম্বীদা চৎপা মনাক নকপা মীশিং
কংলবা উশা তেল্লক্কনা
শিররনি হায়বিরে চৈবিরে উজাউদো
লম্বীদা শান্নবুংদা মশক থীহনবগুম
থমরে উনরে উজাউদু খুনজাশিংনা।

"চাওখৎপা পাম্বা মীওইবনি
মতমগী ইরৈদা কাওশিংগুম্বনি"
নোংমদি য়োরক্লে খুদংছদা
পুশিল্লক্লে বিজুলি তরা
লম্বীগী মতাইদা শান্নবুংগী নাকলদা
অয়েৎপা ওইরে উজাউদুনা তরাগী লম্বীদা
খুদোংচাবা য়েংবদা ফুক্তোক্লবা রাম্নেপ্পরে
কংলবা উপালদো কাউগনথীবা খুল্লাশিংনা
পৈররে খুল্লাশিংহু শান্নবুংহুদা
থৌরি থুহুনা শিংজংনা য়ানছনা
ইস্তুরে মরু থুক্লে উজাউদো
হরাউরবা খুল্লাশিং চেনশিল্লক্লে
মচেৎ মচেৎ কক্তুনা অঙম অঙম্বা
য়েন্নথরে কংলবা উজাওদো

খৎন-চৈনবা য়াওরক্লে
থ্রৈগী শরুক থুংই থুংদে হায়হনা।

"অঙকপনি মীওইবগী লিচৎ
কাম্নরিঙৈ মরুপ ঙাক্তা মালেমদা
কাম্নব্রবা মতমদা য়েক্নবা ঙাক্তনি"।

\+ = +

## ইমাদা হায়জবা

ইকোক নোঙ্গ ইখোঙ তিংখোক
থুবাক চাংজৌ তরা লোন্ন
মীনোক-মীশাগী লৈমায়থক্তা উপপ্রাং উম্ন
খুরুমজরি হো ইমা মৈতৈ ইমা
হাংদোকপিরো সাহিত্যাগী থোঙ্গাল
চঙজরক্লে নঙগী লৈকোনলম্নুংদা
পাঙব্রবা তুশোল্লবা নচা থ্রৈনা
থাজগে লৈরাং অমত্তুং;

শকমাম্নব্রস্থু লৈশক লৈচু লৈনম খেৎনরস্থু
মরুপ-মপাং কয়াগী লৈরাংশিংগা
হন্নাওনা লৌশিনবিয়ু ইমানা
মুংশিবগী তমজবা খুদোলনি

ইমানা পোকপিবগী ঈগী লমল
ইমানা য়োকপিবগী খোল্লাং লমল
শিংঙমদরেনে পাঙগ্রবা নচাদিং
ইমানা মীমাংদা কপ্পদো
পাঙত্রবা ফত্তবা নচাশিং পোকপগী
ঐদি য়েংবস্তু ঙমদ
তেংবাংবস্তু ঙমদ কক্তাওনরে
ঐগী ঙমজবা হায়ববু
লৈরাং চারা অমথক
থাজরমগে নঙগী লৈকোলদা
লৎনবা লৈতনা লৌশিলবিয়ু
মতিক চাদে থনবিন্নু
মতিক চারোই নীংবিন্নু
থানিংবগী থাজবনি
মুংশিবগী খুদোল তমজবনি
কনানা ঐবু দন্দি পীগদ্রগে ?

চেকশিন্ন মখোঙ শোমজগনি
মুংতিগী ঈশিং চাইজগনি
অত্তুবু লৈশাৎ তমন্ত্রিবৈ লৈমন চলগ্রস্থ
রারৌবিন্নু ঐবু ইমানা
নোক্লবিন্নু ঐবু মরূপ মপাংশিংনা
তেংবালিয়ু পাঙত্রবা ঐবু;
করিগুম্বদা লাইবক থীবদগী
লৈখোং শোমস্থ ঙমদ
ঈশিং চাইজবা ঙমদ
তাইবং থাদোক্ত্রনা চৎপ্রবস্থ ঐনা

মখোঙ শোমবিয়ু ঈশিং চাইবিয়ু
মরুপ-মপাংশিনা ঐগী লৈমাং চাবু
ফুক্লোক্‌না লংখোকপিখিস্নু
মপু লৈত্রে রাখল খল্ল,
অত্তম তৌরখ্‌দি
দন্দি পীবিয়ু ইমানা মখোয়বু।

ঐগী লৈরাংনা করিগুম্বদা
লৈরেল ওইরবা লৈকোনশিদা
কল্লকপগী থৌরবা খাংশাং পাম্নুনা
ককথক্তুনা মাঙহনগে খনখিস্নু
মুংশিল্লবা মরুপ-মপাংশিংনা
ঐগী লৈরাংসু নখোয়গীনি
ঐখোয় পুম্নমক ইমাগী মচা ওাক্তনি।

লৈরাং লৈশাং তম্নকাল
খোইমু কয়া ইল্লকাল
লৈনম্মা মালেম থুংলকাল
ইমা নঙগী মিংচৎনিং
অতোপ্পা লৈকোলগী লৈরাংশিংদগী
লৈশক লৈচু লৈনম হেনসম্নু
খোইমু মশিং হেন্না ইলবা ওইসম্নু
মীনা খ্বাইদগী পায়বা ওইসম্নু
ঐনা থমজল্লিবা লৈরাংসে।

— × —

# মায়থিব্রবা মহাত্মা গান্ধী

শান্তী মীয়ুংশি অচুম্বা অহিংশা গনতন্ত্র শন্দোক্লবা
নোংজু-মুংশা অহিং-মুংথিজ খাক্তনা
নহাক্না মকর্মসিদা লাক্তুনা লৈগিবনি,
অতুগা করিগীনো নমাংমক্তদা হিংসা থোকহল্লিবা ?
অচুম্বর অরানবনা শেক্তনা চাহল্লিবদি ?
নংনা তম্বিবা পারাশিংনা ওল্লকপা থোরবা অনা
করিগীনো নথবাক্তা থুম্না থিলহল্লিবদি ?
নথবাক্তগী চেন্থরকপা ঈ থেং উরফাওরা
করিগীনো নংনা অয়ো হায়ভ্রিবা?
লৈত-লায়রবশিং তোল্লবশিং য়োকথংগীনি হায়রগা
নমাংমক্তদা মরু ফংনা মাংহল্লিবসে উদবরা ?
১৯৯৩গী মে ৩ গী মৈতৈ মুসলিমগী মীহাৎ,
নাগা-কুকিগী মীহাৎ-মীওৎশিং,
শোল্লবা জীবশিং অকনবশিংনা ফাদুনা চারিবদি
মীয়ুংশিগী পারা, ধর্ম জাৎ খায়দবগী পারা
ননাইশিংদা তম্বিবা কাউথোক্লরবরা গান্ধী নহাকপু?
হায়য়ু গান্ধীজী !
লানফম ময়াইদা নংনা তুমিন্না লেপ্লুনা লৈবদি
মায়থিরে উৎলিবরা ?
নত্রগা মফমসিগী হবা-মুংশিং চুশিল্লবরা নশাদো ?
নহাকপু ভাওরবা ?
অহুবু মতম লৈরিভৈসিদা থাম্বীয়ু ননাইশিং
তম্বীয়ু মথংগী পারাশিং মুংশিননা হিংনবা
নত্রবদি
মুংখিবা তারে মালেমসিদগী মখোয়শিংসে ॥

— × —

## হৎলূরনু কনাদস্থু

হুরানবনা শাক্ষি ওইহনা
মক্ষম খংদনা মাংগ্রবা নপোৎ অদু
থিরুম্মু কৈদ, হৎলুন্নু কনাদা শুক্কং ক্ষংলরোই।

ঐস্থু লিয়রোই হুরানবনা শাক্ষি ওইহনা কাগ্রবা
মীহাৎপনা শাক্ষি ওইহনা হাৎগ্রবা ইচাগী খোঙ্গুন
অ। খংগদবনিকো ইচাগী মথ্বায়না ওনখিবা
ভুত অহু উনরবদি।

———

## ঐগী মিং য়াওহনবীনু

মীরোলসিগী ইতিহাস ইরিবা মুপা।
ঐগী মিং য়াওহনবিন্ন ইতিহাসকী লমাইদা;
য়াওগ্রবস্থু অমুক্তা ককথৎপীয়ু
করিগুম্বা য়াওহনগে খল্লবা
নপুন্সিগী ওমঙ্গোল ওইয়ু
অহুগা লমহেল্লহনা য়াওহনগ্রবস্থু লমহেল্লবা নখুক্তো
জগৎকী লাইথুং ১০৮ থংহনা নপুন্সি লোম্বা ওইয়ু
মরমদি
ঐ ইকাইজৈ তুংগী মীরোম্না ঐগী মিং খেংনগ্রবদি
অসিগুম্বা মীরোনসিদা ঐস্থু হিংলম্মী খংখিনি
অস্থুক মীনুংশি লৈনক্রবা
শাদগী হেন্না তোল্লবা মীরোলসিদা।

\+ × +

# ময়াই কারবা শমু লমশা

চীংলোন মাপলনা শম্বল থাজনবা
চেকশিল্লা থম্বীরম্বা ঐখোয়গী ইংখোলসে
ইপানা ফত্তবদগীরা
নত্রগা
নমতনা কিহল্লগা তৌবরা
পাঙ্গল শক্তি লৈবা যুগথংনবা মহাজম্না
বঙ্কাল লৌহুনা লৈরম্লে ঐনা খংলকইদগী।

নীংথিনা ইংখোল কোয়হনা
পোৎথোক অমত্তা পুখোকপীদে
শেমজিন শাজিনবস্তু তৌবিদে
ইশোং শোংলে ইংখোলসে
মপু পান্দ্রবা লমহাংগুম।

মীনুংশি লৈতনা থাজিলবীরক্লে
ময়াই কারবা শামু লমশা শঙ্গ শঙ্গ
নৈখায়বীরে জাঙ্গলবা তোল্লবা জীব কয়া
হাইগৎপা ভমদবে লৈমায়থক্তগী
অঙকপা থৌওংবু ওইরে
খাম্বিনবা কনা লৈতরে মালেমদা
কপ্পনা লেল্লে ইমা নুঙ্গাবীসে॥

— — —

# থাদোকপিরো ঐবু পুন্সিগী

নঙগী ফজরবা অংগোই শাথেক
ঐ য়েংনিংদবা নত্তে,
নঙগী মুংশিরবা ঈশৈ
ঐ তানিংদবা নত্তে,
খোয়থুম্বরবা নঙগী বাঙাংদা
ঙাওদবা নত্তে ঐগী থম্মোই
তথকপা নঙগী শুমংথাই মীৎয়েং
ইরাং হৌদবা নত্তে থম্মোইসে,
নঙগী নিঙহু থবাক নপাম্বোম
ঐ কল্লক্কবা নত্তে,
নঙনা পীথকপা পীজবা নিশাগী মহাও
ঐ পামদবা নত্তে;
অদুবু উংপিরম্মু ঐডোংদা অমুক হন্না
থাদোপীরো ঐবু পুন্সিসিমগী
থুগাইবিরম্মু ঐগী থ্যান
মীৎলুদা পীরাং ইহৌরি
থম্মোইদা নীংঙমদ লাম্মৈ চাক্লি;
মচাগী রাখলদা লাইমল ওইরবি লাইরবি ইমাসে
থাঙেনফমদা য়াতাহনা অরোইবা মতম ঙাইরি,
অমুক কুইনা নারকপবু
মচা কনানম্মু লায়েংবিদ সেবা তৌবিদা
ঙসিদি শোয়দনা চৎশ্রনিদো
ঙাইনরি নৈকাইগী মীয়াম্না
পুথোকদবগী তোর্ব্বান্দা পোৎলোইফমদা

ইচিল - ইনাওশিং লোইনা ননাঙ্গা চেনখরে
লুপনখরে নঙগী প্রেমদা ইমাবু হুন্দোক্লম
কংকালবু থাদোক্লম তুরেলনা মহাসাগরদা তিনখিবগুম
ঐদি মখোয়গুম ওইনিংদে ইমা থাদোকনিংদে
অপোকপী ইমাসে মপোকসিগী লোইরবনি
মীগী মমাদা ইমা কৌবা য়ারোই
সেবা তৌগনি ইমাগীদমক
ঙাইহাকী ওইবা থৌওংনি নংগীদো
করবারনি নংগীদি ঐখোয়বু মুৎনবা হোৎনবনি
য়ানিংদে ঐ য়ানিংদে
লাক্লমু অমুক হন্না ইনাক্তা
থাদোকপীরো ঐবু পুন্সিগী ॥

+ × ★

# লাইবক থিরবা নুপা

মোৎলবা ময়ুমগী শুমাংদো শু নাসহনগে খন্দুনা
অরাবা অ-দি অরাম খোঁরাং খংদমখৈ রাই শিৎলিবা
পুকচেল চাউবা নুপাহনা নোম্থরিঙৈদা
কনাগী খোঁইনশিন্নো নত্রগা করম্বা রাখলদগীনো
ময়ুমগী হুইনা ইহিং নাহিং শাবমখৈ চিকখাৱবিহনা হাংতোকপীরে
অউবা য়ুমগী মীশিংনসু থামবিদে নোক্তুনা লৈনৈ
কয়াম কায়বগে মাগী মথৌদু ?

— × —

# নৌনা থুংলবা অতিথি

করি রাখলবু খনদুনা
করম্বা ওইজববু ফংনিংদুনা
করম্বা সেবাবু পাম্বনীদমক
অনৌবা অতিথি নঙবু
করিগী লাক্লিবনো মফমশিদা ।

হান্না থুংলবা ঐখোয়স্থু
থাদোক্তুনা চৎনিংলবনি মফমসে
হৈশিংলবা কয়াগী লৌশিং চাংয়েংদা
নীক্লে ঐখোয়স্থু য়ুম্মুস্থু কিবনা,
চাবা কোম্নরক্তবা লৈফম লৈনরক্তবা
কনবা ঙমজবা লায়না কয়া লাকপা
কল্লক মীহৌ রাখলদা
ঐখোয় মশেল অঙম অঙম্বা হাৎনবদা
য়ুম্মুস্থু রারে ঐখোয়স্থু রারে ।

থোক্লিবা থৌদোক - রাথোকশিংগী পাউ
নঙবু হান্না করিমত্তা তাদবরা কিদবরা ?
ত'দনা লাকপা ওইরদি
নঙবু থাগিরকইবা মীশিংগী মরালনি
নত্রগা
খঙনা খঙনা লাক্লিংবগী লাক্লবদি
কিনরবা লুরবা ফিভমশিংসিদা
নঙগী নথোনা লিংজেল কয়াম য়াওজরবগে
লাম্থেংনবা ঙম্নবা 'মফমসিগী লানসিং
নরাইবক থীরেদা অনৌবা অতিথি নঙ ।

হেক থুংলবগা নঙবু ওক্লবগী
ঐখোয় ময়াম লাঙনরিঙৈ
নঙনা হঙা হঙা ছায়হনা
নখোঙ কাওহনা নখুৎ হাইহনা
থেম্বা য়াদ ফানবা য়াদ কপ্পদি
ঐখোয়বু উবদা থকংলবরা নথম্মোই
হল্লবরা পুক্লিংগী পাঙ্গল থোনা,
"লাক্লবদি নীংহল্লবনু
পোত্থারো ভাইহাক্তং
লমশাং লাকপদা হ্রান্নুনি
অত্থুদগীদি
পায়খৎলসি তৌগদবা থবকশিং"।

---

# ইপাম লমদম য়েংলূবদা

(ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গ্লুদা হৌরিবা সতী খোংনাং অমসুং লৈশাংখোং থিঙেল মরু (হৌজিক্কী রাজ্যোই) দা হৌরিবা থম্বালনু হৈবোং উবদা অৱাবা ফোংদোকচবা)।

গম্ভীরসিং স্নাহান্তক লৈশাংখোং থিঙেল কায়বদা
থিংবা ঙমদ্রবদা লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবা
পলেম ইমা লুখ্রাবীগী খোম্লাং লমনবু শিংলমদ'
তাইবং রাখল মপুং ফাদ্রিবা অমত্তা পোকচবা ইপাবু হুন্দোর্লম
নিঙোল থরায়দগীসু হেন্না পাম্মুজবা ইশাবী মোহনশিংগা
মুংশি পূকমেল পাউমেন্নরমদ
য়েলহৌভৈগী খোয়নৌ ইতারোয়শিং তুংওইনরম্ম
লৈশাংখোং থিঙেল মরুদা মুক্তা পুন্সি লোইখিদো
লৈবাক মীয়ামগী য়াইফবা ওইখিদো
নীংশিং খুদম ওইনবা তুংগী মীরোন্দা
মীয়াম্না থাখিবা হৈবোং পাম্বী
ঙসিসু লৈরি, খংনরি মীয়াম্না "থম্বালনু হৈবোং" হায়নবু।

চন্দ্রকীর্ত্তি সনাহান্তক কৈন্যা ঐনা
নুপীগী ইজ্জৎপু তেমশিংনবশিংগী মায়োক্তা
মপুরোয়বা নীংবগী কল্লবা রাখল থম্মোয়বু উৎনবা
ইপুরোইবগী চিতাথক্তা অরোইবা তুমখুন তানখিদো
নীংশিং খুদম ওইনবা তুংগী মীরোন্দা
মীয়াম্না মোংফমদা থাবিখিবা খোংনাং পাম্বী
ঙসিসু হৌরি, মীয়াম্না খংনরি "সতী খোংনাং"।

অতুবু ইপাম লমদম য়েংলুবদা লাইরম্বেন্দগী
ঐখোয়গী নীংশিং খুদমশিংবু থওইবিদবা মওংসিদা
ইকাই-নুংশি য়াম্ন খোয়রাং-খোয়শাঙনরে
শাপপু তৌনিংলে লমদমশিংগী ইবুং - ইপা ইচে - ইচলশিংঃ
লাউরি মীওইবগী হক্ ইজৎ থম্বায় কম্নবা
লমশিংগী মৈরা পায়বিশিং, মহাম্মোল সংস্থানশিংনা
পাম্লি মখোয়না ঙসিগী থৌদোকশিংবু তুংগী য়াইফনবা
খঙবিদে মখোয়না "কংখিবনি ঐখোয়স
থম্বায়সে তুংগী য়াইফনবা"
মাঙলমচৎকী য়েংদনা তুংলমচৎকী য়েংবদি
বাখল থেনবনি হায়নিংইঃ
"ছন্দোকপিন্ন ঐখোয়গী নীংশিং খুদমশিং থওইবিদনা
ঙাকপি - শেনবিয়ু লু - হেন্না থম্বিয়ু মথং মীরোল
কয়াগীসু ওইনবা"।

— × — ×

